দাদা ভগৱান প্ররুপিত

# মীওইবগী ধর্ম




ঐনা ইশাবু কৱিগুম্বা পোত্তগী অৱাবা ওইৱগদি, মদুগুম্বা অৱাবা ঐনা কনাগুম্ববু পীৱোই।

দাদা ভগৱান কথিত

# মীওইবগী ধর্ম

**'Edited by Dr. Niruben Amin and Translated in Manipuri by Followers '**

**Publisher** : **Mr. Ajit C. Patel**

Dada Bhagwan Vignan Foundation,
1, Varun Apartment, 37 ,Shrimali Society,
Opp. Navrangpura Police station,
Navrangpura Ahmedabad: 380009
Gujarat,India.
Tel: +91 79 3500 2100, +91 9328661166/77



**First Edition** : 500 copies May, 2023

**ভাৱ মমল** : ‘পরম বিনয়’ অমসুং
‘ঐ করিগুম্বা অমত্তা খঙজদে’, হায়বা ভাৱ !

**Price** : 40 ₹

**Printer** : Amba Multiprint, in front of H.B Kapadiya New High School, Chhatral-Pratapura Road, Chhatral, Ta.Kalol, Dist.Gandhinagar-382729, Gujarat.
Phone : +91 7935002142

**ISBN/eISBN** : 978-93-91375-47-8

**Printed in India**

# ত্রি-মন্ত্র








নমো অরিহন্তানম

নমো সিদ্ধানম

নমো আয়রিয়ানম

নমো উবজঝায়ানম

নমো লোয়ে সব্বসাহুনম

এ্যায়সো পনচা নমুক্কারো

সব্ব পাবপ্পনাশনো

মঙ্গলাণম চ সব্বেসিম

পঢমম হৱই মঙ্গলম ॥১॥

ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায় ॥২॥

ওঁ নমঃ শিবায় ॥৩॥

জয় সচ্চিদানন্দ



## দাদা ভগৱান কনানো?

ইং1958গী ইঙা থাগী নুমিদাং ৱাইরমগী পুং৬ মতম্নি, মীয়াম্না, পীক-থল্লবা সুরত শহরগী রেলৱে স্তেশনদা ফমলিবা শ্রী এ.এম পাতেল মওং ওইবা হকচাং-মন্দির 'দাদা ভগৱান'বু মপুংফানা ফাওগৎখিরম্মী অমসুং মহৌশানা শেল্লকপা অধ্যাত্মাগী খ্বাইদগী অচৌবা অঙকপা। পুং১গী মনুংদা ব্রমহানবু উথিরম্মী। 'ঐ কনানো? ভগৱান কনানো? জগত কনানা শিল্লীবনো? কর্ম করিনো? মুক্তি করিনো? 'অসিদসু নত্তনা জগতকী অধ্যাত্মাগী ৱাহং কয়াগী মপুং ফারবা খোংফম লম্বী প্রগত ওইখি।

মহাক্না ফংখিবগুম্না, মদুগুম্না শুপ্নতগী পুং২গী মনুংদা অতোপ্পবুসু ফংহল্লমই, মহাক্কী অঙকপা সিদ্ধ তৌরবা জ্ঞান প্রয়োক্তগী। মদুবু 'অক্রম লম্বী' কৌই। ক্রম হায়বদি সিরীগী মথক্তা সিরী, মথং-মনাও নায়না মথক্তা কাবা! অক্রম হায়বদি ক্রম নত্তবা, লিফ্টকী লম্বী, শোর্ট-কট।

মহাক মশামক্না মীওই খুদিংমকপু 'দাদা ভগৱান কনানো'?মদুগী মরি-মথোং ফোংদোক্তুনা হায়রম্মী মদুদি, ''মসি অদোম্না উরিবসি মহাক দাদা ভগৱান নত্তে, ঐহাক্তি জ্ঞানী পুরুষনি অমসুং মনুংদা প্রগত ওইরিবা, মহাক 'দাদা ভগৱান'নি। লোক ১৪গী মপুনি।মহাক অদোমদসু লৈ, পুম্নমক্তসু লৈ। অদোমদা ফোংদোক্তবা মওংদা লৈ অমসুং 'মসিদা' ঐহাক্কী মনুংদা মপুংফাবা মওংদা ফোংদোক্লি।ঐহাক ইশামক ভগৱান নত্তে।ঐহাক্কী মনুংদা প্রগত ওইরিবা দাদা ভগৱানবু ঐহাক্সু খুরুমজৈ।"

## আত্মাজ্ঞান ফংন্নবগী প্রত্যক্ষ লিঙ্ক

পরম খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদা ভগৱান(দাদাশ্রী)না 1958তা আত্মাজ্ঞান প্রগত ওইখি। মদুগী মতুংদা 1962দগী 1988ফাও দেশ-বিদেশ কোইদুনা মুমুক্ষুশিং(মুক্তিবু ফংনিংলিবা)বু সতসঙ্গ অমদি আত্মাজ্ঞানবু ফংহল্লম্মী।

দাদাশ্রীনা লৈরিঙৈদা খুরুমজনিংঙাই ওইরবা ডা. নীরু বহেন অমীন(নীরু ইমা)বু আত্মাজ্ঞান ফংহন্নবগী জ্ঞানসিদ্ধি খুৎশিন্নখি। দাদাশ্রীনা হকচাং থাদোক্লবা মতুংদা নীরু ইমানা মদুগুম্না মুমুক্ষুশিংবু সতসঙ্গ অমসুং আত্মাজ্ঞানবু ফংহন্নবা, নিমিত্ত ভাৱদগী তৌরম্মী।

আত্মাজ্ঞানী খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দীপক ভাই দেসাইবু দাদাশ্রীনা সতসঙ্গ তৌন্নবগী সিদ্ধি খুৎশিন্নখি। হৌজিক খুরুমজনিংঙাই ওইরবা নীরু ইমাগী অশীর্বাত্তগী খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দীপক ভাই দেশ-বিদেশতা নিমিত্ত ভাৱদগী আত্মাজ্ঞান ফংহল্লি।

মসি আত্মাজ্ঞান ফংলবা মতুংদা, মুমুক্ষু লিশিং কয়ানা সংসারদা লৈরসু, মথৌ পুম্নমক পাংথোক্তুনা মুক্তা লৈদুনা আত্মাদা লৈবগী নুংঙাইববু অনুভব তৌইরি।

# থঙহনজবা

জ্ঞানী পুরুষ মতোনলোম্না খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদা ভগৱানগী শ্রীমুখদগী অধ্যাত্ম অমসুং ব্যবহারজ্ঞানগা মরিলৈন্না ঙাংথোকরকপা ৱাহৈ, মদুবু রেকোট তৌদুনা খোমজিন্বা অমসুং নমথোক্তুনা লাইরিক্কী মওংদা পুথোকচরি। ওরিজিনেল মওং ওইনা গুজরত্তি লোনদা পুথোকপা ওই। মসি মদুগী ওরিজিনেল লাইরিক্তুদগী হন্দোকপনি। তোঙান-তোঙান্বা সবজেক্টশিংগী মথক্তা থোক্লকপা সরস্বতীগী অঙকপা অদুগী খোমজিন্বা মসি লাইরিক অসিদা তৌরি, অনৌবা পাবিরিবশিংগীদমক বর্দান মওং ওইনা খুদম ওইগনি।

পুথোকচারিবা লোন-হন্থোচবা অসিদা ঐহাক্না মরুওইবা চেকশিন্বা অসি থমজৈ মদুদি পাবিরিবনা দাদাজীগী ৱাহৈবু তবিরিবগুম, অসিগুম্না ইশাদা ফাওবা অসি ওইশনু হায়না, মসিনা মরম ওইদুনা করিগুম্বা মফমশিংদা লোন হন্দোক্লিবগী ৱাহৈপরেং মনিপুরি ব্যাকরনগী মতুং ইন্না অশোয়-অঙামশিং য়াওবা য়াই, তৌইগুম্বসুং মসিদা নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন অদুবু খঙবিদুনা পাবিরবদি হেন্না কান্নাবা ওইগনি।

পুথোক্লিবা লৈরিক অসিদা মফম খুদিংদা ব্রেকেটকী মনুংদা উৎলিবা ৱাফম নত্রগা ৱাহৈ মতোনলোম্না খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদাশ্রীনা ঙাংথোক্লকপা ৱাহৈশিংবু থোইদোক হেন্থোক্লা ময়েক শেংনা খঙনবগীদমক ইজবনি। হায়বদি মফম খরাদা অংগ্রেজি ৱাফমশিংগী মনিপুরি অর্থগী মওংদা থমজরি। দাদাশ্রী শ্রীমুখদগী থোক্লকপা গুজরত্তি ৱাহৈ মদুগা চপ মান্না ইটালিক্সতা থমজরি, মরমদি মদুগী ৱাহৈশিং অদুগী মনিপুরিদা অসিগুম্বা ৱাহৈ লৈতে, মদুগী মপুংফাবা অর্থ পীবা ঙম্বা। মসি নত্তবদা মদুগী ৱাহৈশিং অদুগী মান্নবা ৱাহৈ, অর্থগী মওংদা ব্রেকেটত পিজরি।

জ্ঞানীগী ৱাহৈবু মনিপুরি লোন্দা চপ-মান্না হন্দোকপা ঙম্নবা হোৎনজৈ তৌইগুম্বসুং দাদাশ্রীগী আত্মাজ্ঞানগী অশেংবা নুংগী ৱাখললোন, চপ-চানা চপ-মান্না মদুদি, অদোম্না গুজরত্তি লোনদা ওইনা হেন্না মমুত্তগনি। কনাগুম্বনা জ্ঞানবু থমথেংনা থঙগে হায়রবদি, জ্ঞানগী অশেংবা নুংগী ৱাফমবু থঙগে হায়রবদি, মহাক্না মসিগীদমক গুজরত্তি লোনবু তম্বিয়ু, অসুম্না ঐহাক্না নোল্লুক্না থঙহনজরি।

লোন হন্দোকপগা মরিলৈনবা অৱাৎপাশিংগীদমক অদোমদা ঙাকপীয়ু হায়জরি। We will appreciate your suggestion & grammatical mistake correction. You can give your valuable feedback at nlt.m@dadabhagwan.org

# Editorial

মীওইবগী পুন্সিদি মীপুম খুদিংমক্কা হিংলি। পোক্লে, লাইরিক তম্মী, থবক তৌই, লুহোংই, মপা ওইরে, মপুদৌ ওইরে অমসুং মতুংদা মোংফমদা চৎলি। পুন্সিসি অসিগুম্না চত্থদুনা লৈগদোইরা? অসিগুম্না পুন্সিবু হিংবগী অর্থ করিনো? পোকপা করিগী ওইরিবনো? পুন্সিদা করিবু ফঙগনি? মীওইবনা হকচাংবু ফঙবা ওইরি মরমদুনা মশামক মীওইবগী ধর্মদা লৈগদবনি। মীওইবা অমা ওইবগী মগুণগা লোয়ন্না ওইগদবনি, মতমদুদা পুন্সি মাইপাকপা ওইরে হায়গনি।

মীওইবা অমা ওইবগী ৱাহন্থোক মশাগীমক্তগী লেপকদবনি। 'করিগুম্বা ঐহাকপু কনাগুম্বনা অৱাবা পীরবদি ঐহাক্না পামদবা, মরমদুনা ঐহাক্না কনাগুম্বা অমবু অৱাবা পীরোইদবনি।' মসি সিদ্ধান্ত পুন্সিগী থৌগলোন খুদিংদা ফিট তৌরগদি, মদুদা মপুংফানা মীওইবা ওইবগী মগুণ লাক্লে।

মীওইবগী মপোক্তি *গতি*(মপোক মওং) মরীশিংগী জঙ্কশন্নি হায়গনি। মসিদগী মপোক মরীশিংদা চৎপগী কোমথোকপা লৈরি। তৌইগুম্বসুং, কোজেজশিং অদু শিজিন্নরগদি, মদুগী মপোকশিংদা চৎপগী মথৌ তাই। মীওইবগী ধর্মদা লৈরবদি অমুক-হন্না মীওই মপোক উগনি অমসুং মীওইবগী ধর্মদগী পনখৈ লাল্লবদি শা-ঙাগী মপোক ফঙগনি। মীওইবগী ধর্মগী মমাংদা, সুপর হিয়ুমন(দেবকী মগুণ চেন্বা মীওইবা)গী ধর্মদা লাক্লবদি অমসুং পুন্সি চুপ্পা মতেং-পাঙন্বগীদমক হিংলবদি দেব মপোক(শ্বর্গ)দা পোক্কনি। অমসুং করিগুম্বা মীওই মপোক্তা আত্মাজ্ঞানীগী মফমদগী আত্মা ধর্ম ফঙলবদি, মদু ওইরগদি হায়বদি মোক্ষগতি-মতোনলোম্বা খুফম মদুবু ফঙবা ঙমগনি।

মতোনলোম্না খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদাশ্রীনদি, মীওইবনা মশাগী মীওইবগী ধর্মদা প্রগতি তৌনবা অসিগুম্বা ফজরবা জ্ঞান সতসঙ্গগী মতেংনা ফঙহল্লি। মদু পুন্নমক পুথোকচরিবা থোমজিন্বা অসিদা ময়েক-শেংনা খঙহল্লি। মদুগী জ্ঞান ঙসিগী অঙাংশিংদা অমসুং ইনখৎলক্লিবা য়ুথশিং ফাওবদা য়ৌহল্লবদি পুন্সিগী অহৌবা মতমদগী মথোয়না মীওইবগী ধর্মদা লাক্লবদি, মসি মীওইবা মপোক অসি মহৈ-য়ান্দুনা মায়পাকপা ওইরগনি, মদুনি থম্মোয়গী প্রর্থনা।

**– ডাঃ নীরুবেন অমিন**

# মীওইবগী ধর্ম

## মীওইবা অমা ওইবগী পান্দম

**ৱাহং-হংলিবা :** মীওইবা পুন্সিগী পান্দম করিনো?

**দাদাশ্রী :** মীওইবা অমা ওইবগী ৫০% মার্ক ফঙবা ওইগদবনি। মীওইবগী ধর্ম অদুদা, মদুদা ৫০% মার্কতি লাক্কদবনি, মসি মীওইবা পুন্সিগী পান্দমনি। অমসুং করিগুম্বা অৱাংবা পান্দম থমগে খল্লবদি, মহাক্না ৯৯% মার্ক লাক্কদবনি। মীওইবা ওইবগী গুণদি লৈগদবনি? করিগুম্বা মীওইবা অমা ওইবা লৈত্রবদি, মীওইবগী পুন্সিগী পান্দম কদায়দা লৈরিবগে?

মসিদি ‘লাইফ’ (পুন্সি) পুম্নমক ‘ফ্রেকচর’ (মচোই-তাবা) ওইরে। করিগীদমক হিংলিবনো, মদুগীসু খঙদে। মীওইবা অমা ওইবগী এক্সট্রেক্ট করিনো? করিগুম্বা মপোক্তা চৎকে খল্লগদি মদুগী মপোক্তু ফংবা নত্রগা মোক্ষ ফংগে খল্লগদি মোক্ষ ফংবা।

## মদু সন্ত কা হকথেংন্নবদগী লাকই

**ৱাহং-হংলিবা :** মীওইবগী পান্দম মদুবু ফংন্নবগীদমক করি তৌবা মথৌ তাবগে অমসুং কদায় ফাওবা তৌগদবা?

**দাদাশ্রী :** মীওইবা অমা ওইবগী করি-করি গুণ লৈবগে অমসুং মদু করম্না ফঙগনি, মসি পুম্নমক খঙগদবনি। করিগুম্বা মীওইবা অমা ওইবগী গুণশিংনা পীকথল্লবা ওইরবা, অসিগুম্বা সন্ত পুরুষ লৈরবদি, মহাক্কী মনাক্তা চত্তুনা অদোম্না ফমগদবনি।

## মসিনি অশেংবা মীওইবগী ধর্ম

হৌজিক করম্বা ধর্মবু ইনবগে?

**ৱাহং-হংলিবা :** মীওইবা ধর্মবু ইনজরি।

**দাদাশ্রী :** মীওইবগী ধর্ম করম্ববু কৌবগে?

**ৱাহং-হংলিবা :** মসিখক, শান্তি!

**দাদাশ্রী :** নত্তে, শান্তিদি মীওইবগী ধর্ম ইল্লবদি, মদুগী মহৈনি। তৌইগুম্বসুং মীওইবা ধর্ম হায়বদি অদোম্না করিবু য়াথং ইনবগে?

**ৱাহং-হংলিবা :** য়াথং ইনবা-য়াবা করিসু লৈতে। করিগুম্বা সমপ্রদায় থল্লোইদবনি, মসিখক। জাৎপু তোঙান্না থল্লোইদবনি, মদুনি মীওইবগী ধর্ম।

**দাদাশ্রী :** নত্তে, মদু মীওইবগী ধর্ম নত্তে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরবদি মীওইবগী ধর্ম করিনো?

**দাদাশ্রী :** মীওইবগী ধর্ম হায়বদি করিনো হায়বদা, মদুগী ৱাফম খরা শান্নসি। মপুং-ওইবা ৱাফমদি য়াম্না চাওবা পোৎনি, তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না ৱাফম খরা শান্নসি। কনাগুম্বা মীওই অমবু ঐখোয়গী *নিমিত্ত* (মাধ্যম) তগী অৱাবা ওইদবা; অতোপ্পা জীবশিংগী ৱাফমদি তোক্লো, তৌইগুম্বসুং মীওইবশিং থক্তবু ঙাকশেল্লবদি মদুদি 'ঐগী *নিমিত্ত* তগী মহাকপু অৱাবা ওইরোইদবনি,' মদুনি মীওইবগী ধর্ম।

অশেংবদা মীওইবগী ধর্ম করিবু কৌবা ওইবগে? করিগুম্বা অদোম সেঠ ওইরবদি অমসুং সেবারিবু য়াম্না কীহল্লবদি, মদুগী মতমদুদা অদোম্না অসিগুম্বা ৱাখল লাক্কদবনি মদুদি, 'করিগুম্বা ঐহাক্না সেবারি ওইরম্লবদি করি ফাওরমগনি?' মসিখক ৱাখল লাক্লবদি মতুংদা অদোম্না মহাকপু পনখৈদা লৈদুনা কীহনগনি, কা-হেন্না ঙাঙলোই। করিগুম্বা অদোম্না কনাগুম্বগী অমাং তৌরগদি, মদুগী মতমদুদা অদোম্না মসিগী ৱাখল অসি লাক্লবদি 'ঐহাক্না মাঙদা লৈরিবসিগী অমাং তৌরি, তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা কনাগুম্বনা ঐহাক্কী অমাংবা তৌরগদি করি ওইগনি?'

মীওইবগী ধর্ম হায়বদি, ঐহাক্না পাম্বা মদুবু মীয়ামদা পীবা অমসুং ঐহাক্না পামদবা অদুবু অতোপ্পদা পীদবা। ঐখোয়বু কনাগুম্বনা ফুবা মদুবু

ঐখোয়না পামদে মদু ওইরবদি অতোপ্পবু ফুরোইদবনি। কনাগুম্বনা ঐখোয়বু তাথিনা চৈরবদি মদুবু ঐখোয়না পামদে, মদু ওইরবদি ঐখোয়না কনাগুম্ববু তাথিনা চৈরোইদবনি। মীওইবগী ধর্ম হায়বদি, ঐখোয়না পামদবা অদুবু অতোপ্পগী মথক্তা তৌরোইদবনি। ঐখোয়না পামবা মদু অতোপ্পদা তৌগদবা, মদুগী মমিং মীওইবগী ধর্ম। অসিগুম্না নীংশিংৱা নত্রগা নীংশিংদৱা? কনাগুম্ববু অৱাবা পীবরা? পীদে, মদু ওইরবদি য়াম্না ফৈ।

'ঐহাক্কী মরমদগী কনাগুম্বা অমত্তবু অৱাবা ওইদবা,' অসিগুম্না লৈরগদি থবক লোইরে!

# লম্বীদা পৈশা ফংবা মতমদা..

কনাগুম্বগী লুপা লিশিং ১৫, লুপা চাম্মা-চাম্মগী নোটশিংগী মপুন অমা ঐহাক্না লম্বীদা ফঙলবদি, মতমদুদা ঐখোয়গী পূক্নীংদা মসি ৱাখল অসি লাক্কদবনি মদুদি 'করিগুম্বা ঐহাক্কী পৈশা মসিথৈ মাংলবদি ঐহাক্না কয়াম্না অৱাবা ওইগনি, মদু ওইরবদি পৈশা অসিগী মপু ওইরিবা মহাক্না কয়াম্না অৱাবা ওইরমগনি?' মরমদুনা ঐখোয়না থবরদা এডভরতাইস তৌগদবনি, মদুদি মসি এডভরতাইস অসিগী থর্চ পীদুনা, প্রমান পীদুনা অদোমগী পৈশা মপুন অসিবু লৌবিয়ু। মসিথক, মতৌ অসুম্না মীওইবা অমা ওইবসি থঙগদবনি। মরমদি ঐখোয়না অৱাবা ওইবগুম্না মদুগুম্না মাংদা লৈরিবা অদুনসু অৱাবা ফাওরমগনি অসিগুম্নদি ঐখোয়না থঙবা ঙম্মিদনা? ৱাফম খুদিংমক্তা মতৌ অসুম্না অদোম্না অসিগুম্বা ৱাখল অসি লাক্কদবনি! তৌইগুম্বসুং হৌজিক্কী মতমদদি মসি মীওইবা অমা ওইবসি মুৎখ্রে, মাংখ্রবা ওইরে! মসিগী অৱাবনি মসি পুম্নমক! ময়ামদি মশাগী কান্নবা থক্তদা থনদুনা লৈরি। মদুবু মীওইবা অমা ওইবা কৌদে।

হৌজিক্তি মীয়াম্না অসিগুম্না থল্লি মদুদি 'ফংলিবসি মসিদি ফ্রিদা ফংবনিদনা!' অরে ইবুংঙো! মদু ওইরবদি করিগুম্বা নহাক্কী করিগুম্বা মাংখ্রবদি, মদুসু অতোপ্পদমক্তি ফ্রিনিদনা!

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং ঐহাক্না মসি পৈশা ফংলিবসি, মদু ওইরগদি অতোপ্পা করিসু লৈতে, ঐগী ইফমদা থল্লোই তৌইগুম্বসুং লাইরবশিংদা

য়েনথোক্লগদি?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, লাইরবশিংদা নত্তে, মদুগী পৈশাদু মহাক্কী মপু ফাওবা করম্না য়ৌহনগনি মহাকপু থিদুনা অমসুং পাউ-পীদুনা মহাকপু য়ৌহল্লু। করিগুম্বা মতুংদসু মদুগী মীওই অদুগী মৰা-মপাউ ফংদ্রবদি, মহাক অতোপ্পা লৈবাক্কী ওইরবদি, মদু ওইরবদি মতুংদা ঐখোয়না মদুগী পৈশাশিংগী শীজিন্নবা করিগুম্বা অফবা থবক্কী তৌগদবনি, তৌইগুম্বসুং ইশাগী মনাক্তা থল্লোইদবনি।

অমসুং করিগুম্বা অদোম্না কনাগুম্বা অমগী খুৎশিন্নরবদি অদোমবুসু খুৎশিন্বা মীওই ফংগনি। অদোম্না খুৎশিন্নদ্রবদি অদোমগী করম্না অমুক-হন্না ফংগনি? হায়বদি ঐখোয়না ইশাগী জ্ঞান অদু হোংদোক্কদবনি। অসিগুম্নদি চৎলোইদনা! মসিবু লম্বীদি কৌদেদনা! অসুক-য়াম্না পৈশা তাল্লি মদু ওইরবসু নুংঙাইবদি ওইদে, মসি করম্না?

করিগুম্বা অদোম্না হৌজিক কনাগুম্বা অমদগী লুপা ২০০০ পুরক্লবদি অমসুং শিংন্বগী খুদোংচাবা লৈত্রবদি অমসুং পূক্নীংদা অসিগুম্বা ভাৰ লাক্লবদি, 'হৌজিক ঐহাক্না করম্না শিংগনি? মঙোন্দা 'লৈতে' হায়না হায়গনি।' হৌজিক অসিগুম্বা ভাৰ লাকপগা পূক্নীংদা ৰাখল লাকই মদুদি করিগুম্বা ঐগী মফমদগী কনাগুম্বা অমনা লৌখ্রবদি অমসুং মহাক্না অসিগুম্বা ভাৰ তৌরবদি ঐহাক্কী করি দশা ওইগনি? হায়বদি, ঐখোয়গী ভাৰ শোয়দনবা মতৌ অসুম্না ঐখোয়না লৈরগদি, মদুনি মীওইবগী ধর্মনি।

কনাগুম্বা অমত্তবু অৰাবা ওইদন্বা, মদুনা খ্বাইদগী অচৌবা জ্ঞাননি। অসিখক্তা য়েংশিল্লু। করিগুম্বা কন্দমুল (লৈবাক্কী মনুংদা ফংবা ইনঙাং) চাদ্রগসু, তৌইগুম্বসুং মীওইবা অমা ওইবগী য়াথং-ইন্বা হৈত্রবদি অরেমবনি। অসিগুম্বা ময়ামদগী মুন্দুনা চাবা কয়া অমা, শা-ষনগী মপোক্তা চৎথি অমসুং হৌজিক ফাওবা হল্লক্তদুনা লৈরি। মসিদি পুম্নমক নিয়মগী মতুং ইন্ননি, মসিদা কনাগুম্বা অমগী সাশন নত্তে। মসিদা তৌশিন্নবা চৎলোই, পোলমপোল (ওইদ-পাদবা)। কনাগুম্বা অমগী সাশন ওইব্রনে? জগত্তগী চৎপ্রা নত্রগা মসিগুম্না (পোলমপোল)?

**ৰাহং-হংলিবা :** হোয়, স্বভাবিক সাশন্নি!

**দাদাশ্রী :** হোয়, স্বভাবিক সাশন্নি। পোল(ওইদ-পাদবা) চৎলোই। অদোম্না খঙবা ঙমব্রা? 'ঐহাক্না মদুকৈ অৱাবা ওইরিবমথৈ, মদুগা চপ-মান্ননা মহাক্না ওইরমগদ্রা নত্রগা ওইরমলোইদ্রা?' কনাগুম্বনা অসিগুম্বা ৱাখল লাক্লবদি মখোয় পুম্নমক মীওইবগী ধর্মদা লৈবনি, নত্রগদি মীওইবগী ধর্ম করম্না কৌগনি?

# পৃথিবা পৈশা অদু শিংলক্লদি ?

করিগুম্বা ঐখোয়দা কনাগুম্বনা লুপা লিশিং ১০পীরবদি অমসুং ঐখোয়না মদুবু শিংদ্রবদি, মদু ওইরবদি মতমদুদা ঐখোয়গী পূক্নীংদা ৱাখল লাক্লবদি মদুদি 'ঐহাক্না কনাগুম্বদা পীথিবা অমসুং মহাক্না ঐঙোন্দা শিংলক্লবদি ঐহাক্না কয়াম্না অৱাবা ওইগনি? মরমদুনা থুবা য়ারিবমথৈ, মঙোন্দা শিংদোক্কনি।' ইশাগী থুৎতা থল্লোইদবনি। মীওইবগী ধর্ম হায়বদি করিনো? ঐখোয়না অৱাবা ওইবগুম্না মদুগী অৱাবা অদু মাংদা লৈরিবা অদুনসু ফাওবা ওইরি। তৌইগুম্বসুং মীওইবগী ধর্ম মীওই থুদিংগী তোঙান-তোঙাম্বা ওই। মশা-মশাগী ডেবলপমেন্টগী মতুং-ইন্না মদুগা চপ-মান্না মহাক্কী মীওইবগী ধর্মসু ওয়্রি। মীওইবগী ধর্ম মখল অমতং ওইদে।

কনাগুম্বা অমবু অৱাবা পীবা মতমদা মশাগী পূক্নীংদা অসিগুম্না লাক্লবদি মদুদি 'ঐহাকপু অৱাবা পীরবদি করি ওইগনি?' হায়বদি মতুংদা অৱাবা পীদবা, মদুনি মীওইবা অমা ওইবা।

# অতীথিনা য়ুমদা লাকপা মতমদা..

ঐখোয়না করিগুম্বা কনাগুম্বগী য়ুমদা গেস্ট ওইরগদি মতমদুদা ঐখোয়না মাংদা লৈরিবা অদুগী ৱাখল থনগদবনি, মদুদি ঐখোয়গী য়ুমদা নুমিৎ ১৫ গেস্টনা লৈরবদি, করি ওইগনি? মরমদুনা মাংদা লৈরিবদুদা পোৎলুম ওইহনগনু। নুমিৎ নীনী লৈরবা মতুংদা তৌশিন্নদুনা হোটেলদা চৎলু।

মীয়াম্না মশাগী নুংঙাইবা থক্তদা তাওরি। অতোপ্পগী নুংঙাইবদা মশাগী নুংঙাইবনি, অসিগুম্না ৱাফম অসি মুৎশিল্লক্লি। 'অতোপ্পগী নুংঙাইবদা ঐহাক্না নুংঙাইরি' অসিগুম্বা পুম্নমক ঐখোয়গী মসিদা মাংখ্রে অমসুং মশাগী নুংঙাইবা

থক্তদা তাওরি মদুদি ঐহাক্না চা ফংলি, মসিখক!

অদোম্না অতোপ্পা করিসু ধ্যান থন্নবগী দরকার ওইদে। ‘কন্দমুল চারোইদবনি’ মসি খঙদ্রবসু য়াগনি। তৌইগুম্বসুং মসিখকপু খঙলবদি মদু ওইরবদি য়াম্না খঙলে। অদোম্না অৱাবা ওইগুম্বা মদুগুম্বা অৱাবা কনামত্তা ওইদবা, মসিগুম্না লৈয়ু, মদুবু মীওইবগী ধর্ম কৌই। মসিখক ধর্ম ইল্লবদি য়াম্না য়াইফরে। হৌজিক অসিগুম্বা কলিযুক্তা কনাগুম্বনা মীওইবগী ধর্মবু ইল্লবদি, মহাকপু মোক্ষকীদমক সিল-নম্বা মথৌ তারি।তৌইগুম্বসুং সত্যযুক্তদি মীওইবগী ধর্ম ইনবা থক্তনা চৎপা য়ারমদে। মসিদি হৌজিক, মসি মতম অসিদা, মার্ক য়াম্না ফঙদবা ওইরবসু পাস তৌহনগনি। ঐহাক্না করি হায়বা পাম্বগে মদু অদোম্না খঙবদা লাকপ্রা? হায়বদি পাপ করম্বদা লৈবগে অমসুং করম্বদা পাপ লৈতবগে, মদুবু খঙউ।

# অতোপ্পদা মীৎয়েং লাল্লগদি, মদুদা মীওইবগী ধর্ম লৈত্রে

মতুংদা মসিগী মমাংদা লৈবা মীওইবগী ধর্ম হায়বদি করিনো হায়বদা কনাগুম্বা নুপীবু উবগা এততেক্সন ওইরবদি খুদক্তা ৱাখল থনগদবা মদুদি করিগুম্বা ঐহাক্কী ইচন্নুপীবু কনাগুম্বনা অসিগুম্বা ফত্তবা মীৎয়েংনা য়েংলবদি করি ওইগনি? ঐহাক্না নুংঙাইতবা ফাওগনি। অসিগুম্না থন্বা, মদুগী মমিং মীওইবগী ধর্ম। ‘মরমদুনা, ঐহাক্না কনাগুম্বা নুপীবু ফত্তবা মীৎয়েংদা য়েংলোইদবনি,’ অসিগুম্না পছতাবা(লানখিবা অদুগী পেন্দবা) তৌরগদি। অসিগুম্বা মহাক্কী ডেবেলপমেন্ট ওইগদবনি?

মীওইবা অমা ওইবা হায়বদি করিনো? ইশাগী নুপীদা কনাগুম্বা অমনা মীৎয়েং চুমদ্রবদি মদু ওইরবদি ইশানা অপাম্বা ওইদে, মতৌ অসুম্না মহাকসু মাংদা লৈরিবা অদুগী নুপীদা মীৎয়েং চুমদবা তৌরোইদবনি। ইশাগী ইচানুপীশিংদা কনাগুম্বনা মীৎয়েং চুমদ্রবদি মদু ইশানা অপাম্বা ওইদে, মদু ওইরবদি মদুগা চপ-মান্ননা মহাক্না অতোপ্পশিংগী মচানুপীশিংগী মথক্তা চুমদবা তৌরোইদবনি। মরমদি মসিগী ৱাফম অসি মতম পুম্বদা পুক্নীংদা নীংশিংদুনা লৈগদবনি মদুদি করিগুম্বা ঐহাক্না কনাগুম্বা নুপীমচাদা মীৎয়েং শোইরগদি মদু ওইরগদি কনাগুম্বনা ঐহাক্কী নুপীমচাগী মথক্তা মীৎয়েং-শোয়গনি। অসিগুম্না ৱাখলদা নীংশিংদুনা

থমগদবনি, মদু ওইরবদি মদুবু মীওইবগী ধৰ্ম কৌগনি।

মীওইবগী ধৰ্ম হায়বদি, ঐখোয়না পামদবা অদুবু অতোপ্পদা কৈদৌনুংদা তৌদবা। মীওইবগী ধৰ্ম লিমিটেড ওই, লিমিডকী মপান্দা নত্তে, তৌইগুম্বসুং মসিখক করিগুম্বা মদুবু তৌরবদি য়াম্না ফারে।

ইশাগী নুপী লৈরবদি ভগৱান্না হায় মদুদি নহাক্কা লুহোংই মদুবু সংসারনা য়াবা ওইরি, নহাক্কী নুপীগী ময়ুম্নসু য়াবা ওইরি, নহাক্কী মরি-মতাশিংনসু য়াবা ওইরি, পুম্নমক্কা য়াবা ওইরি। লোয়নবীগা সিনেমা য়েংবা চৎলবদি মদু ওইরবদি কনাগুম্বনা খুদোম্বী থিনগদ্রা? অমসুং করিগুম্বা অতোপ্পগী নুপীগা লোয়ন্না চৎলবদি?

**ৱাহং-হংলিবা :** অমেরিকাদা মসিগী মথক্তা খুদোম্বি থিন্দে।

**দাদাশ্রী :** অমেরিকাদা খুদোম্বি থিন্দে, তৌইগুম্বসুং ভারতদি খুদোম্বি থিল্লিদনা? মসি ৱাফম অসি অচুম্বনি, তৌইগুম্বসুং মফমদুগী মীয়াম্না মসি ৱাফমসি খঙদে। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না পোক্লিবা লৈবাক অসিদদি, মদুদা অসিগুম্বা ব্যাবহারগীদমক খুদোম্বি থিল্লিদনা! অমসুং অসিগুম্বা খুৎ-থিংজিন্বা থবক মসিদি মরালনি।

মসিদদি ৮০% মীওইবা শা-ষনগী মপোক্তা চৎকদৌরি। হৌজিক লৈরিবা ৮০% মীওইবা! মরমদি মীওইবা মপোক ফংলগা করিবু তৌবগে? পোৎশিংবু য়ানশিন্নে, মশাগী হক্কী নত্তববু নুংঙাইথোকই, মশাগী নত্তববু হুরাল্লি, মশাগী নত্তববু ফংন্নবগী অপাম্বা তৌরি, অসিগুম্বা ৱাখল তৌই নত্রগা অতোপ্পগী নুপীদা মীৎয়েং-শোয়রি। মীওইবনা মশাগী নুপীবু নুংঙাইথোকপগী অয়াবা লৈ, তৌইগুম্বসুং অয়াবা য়াওদবা, অতোপ্পগী নুপীগী মথক্তা মীৎয়েং-শোয়বা য়াদে, মদুগীসু দন্ড ফংই। মীৎয়েং থক শোয়বা মদুগীসু দন্ড, মহাক্কা শা-ষনগী মপোক ফংই। মরমদি মদুবু শা-ঙাগী শাজৎ কৌই। মীওইবা অমা ওইবা ওইগদবনি।

মীওইবগী ধৰ্মগী অৰ্থ করিনো? হক্কী ওইবা নুংঙাইথোকপা মদুবু মীওইবগী ধৰ্ম। অসুম্না অদোম্না য়ানিংব্রা নত্রগা য়ানিংদব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** য়াই য়াই।

**দাদাশ্রী :** অমসুং হক্কী নত্তবা মদুগী মরমদদি?

**ৱাহং-হংলিবা :** এক্সেপ্ট তৌরোইদবনি। শা-ঙাগী মপোক্তা চৎকনি, মসিগী করিগুম্বা খুদম লৈব্রা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, খুদমগা লোয়ন্না লৈরি। খুদম য়াওদনা, অসিগুম্না হেক্তা হায়জিন্বা য়াদে।

মীওইবা অমা ওইবা অসি কদায় ফাও লৈগনি? ‘হক্কি নত্তবা খজিক্তংফাও নুংঙাইবা লৌদ্রবদি’ মদু ফাও মীওইবা ওইগনি। মশাগী হক্কী নুংঙাইথোক্লগদি, মহাক্না মীওইবা মপোক ফংই। হাক্কী নত্তবা নুংঙাইথোক্লগদি মহাক্না শা-ঙাগী মপোক্তা চৎলি। মশাগী হক্কী অতোপ্পবু পীরবদি শ্বগ মপোক ওইগনি অমসুং হাৎতুনা হক্কী নত্তবা মদুবু মুল্লগদি মদু ওইরবদি নরক-মপোক্তা চৎলি।

# মীওইবা অমা ওইবগী অর্থ

মীওইবা অমা ওইবা হায়বদি ‘ঐহাক্কী ওইবা মদুবু ঐনা নুংঙাইথোকপা অমসুং নহাক্কী ওইবা মদুবু নহাক্না নুংঙাইথোকপা।’ ঐহাক্কী শরুক্তা লাকপা মদুখৈ ঐগী অমসুং নহাক্কী শরুক্তা লাকপা মদুখৈ নহাক্কী। অতোপ্পগী মথক্তা মিৎয়েং থল্লোইদবা, মসি মীওইবা অমা ওইবগী অর্থনি। মতুংদা পাশবতা(শারমচৎ)হায়বদি ‘ঐহাক্কীসু ঐগী অমসুং নহাক্কীসু ঐগী!’ অমসুং দেব মগুণ-চেন্বা কনাবু কৌবগে? ‘নহাক্কী অদুনা নহাক্কী, তৌইগুম্বসুং ঐহাক্কী অদুসু নহাক্কী।’ মতেং-পাঙবা ওইবদুনা মশাগী লৈবদু, মদুসু অতোপ্পবু পীথোকই। অসিগুম্বা দেবী গুণ-লৈবসু লৈ নত্রগা লৈতব্রনে? হৌজিক মতমদা অদোম্না করিগুম্বদা মীওইবা অমা ওইবা উবা ফংব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** করিগুম্বা মফমদা উবা ফংই অমসুং করিগুম্বা মফমদা য়েংবদা ফংদবসু য়াওই।

**দাদাশ্রী :** কনাগুম্বা মীওইদা শারমচৎ উবদা লাকপ্রা? মহাক্না মচিদু

ৱাইন্বা তৌরবদি মদু ঐখোয়না খঙলোয়দ্রা মদুদি মসি ইরোইনি, মরমদুনা মচী অদুনা ৱাইন্বা লাক্লিবনি! মতম অদুদা ঐখোয়না হন্দোক্কদবনি। অসিগুম্বা শারমচৎ মীওইবদি নিংথৌবুসু থাদোক্তে! মমাংদা করিগুম্বা নিংথৌ লাক্লবসু ইরোইগী ইবুংঙো অদুদি হরাওনা চৎপা ওইরি, মদুদা নিংথৌবু লাপ্না চৎথোকপা ওইরি তৌইগুম্বসুং মহাক্কদি হন্দোক্তে।

# মসিনি মীওইবা অমা ওইবদগীসু হেন্বা গুণ

মতুংদা মীওইবা অমা ওইবদগীসু হেন্না ৱাংবা, অসিগুম্বা 'সুপর হয়ুমন' (দেবগুণ চেন্বা মীওই) করম্ববু কৌবগে? অদোম্না কনাগুম্বা মীওই অমগী ১০রক অমাং-অতা তৌরবদি, মদু ওইজরবসু, করিগুম্বা অদোম্না দরকার ওইবা মতমদুদা মদুগী মীওই অদুনা অদোমগী মতেং-পাঙলবদি! অদোম্না অমুক-হন্না মহাক্কী অমাং-অতা তৌরবদি, মতমদুদসু, অদোমগী থবক লৈরবদি মতমদুদা মহাক্না অদোম্বু 'হেল্প' (মতেং) পাঙলগদি। মহাক্কী স্বভাৱতি হেল্প তৌবখক্লি। মরমদুনা ঐখোয় খঙঙি মদুদি মসি মীওইবা অসি 'সুপর হয়ুমন'নি। মসিবু দেবগুণ চেন্বা কৌই। অসিগুম্বা মীওইবদি য়াম্না তাংনা লৈবা ওই। হৌজিক্তি অসিগুম্বা মীওইবা ফংদেদনা! মরমদি মীওইবা লাক্ষ অমদা অমতং ওইরম্বা য়াই, অসিগুম্না মসিগী চাং ওইখ্রে।

মীওইবা অমা ওইবগী ধর্মগী ময়োক্তা করিগুম্বা ধর্ম অমগী চোরোন লৌরগদি, করিগুম্বা শারমচৎকী ধর্মগী খোংগুল লৌরগদি শা-ঙাদা চৎলি, করিগুম্বা রাক্ষসী ধর্মগী খোংগুল লৌরগদি রাক্ষসীদা চৎলি হায়বদি নরক মপোক্তা চৎলি অমসুং করিগুম্বা সুপর-হয়ুমনগী ধর্মগী খোংগুন লৌরগদি দেব-মপোক্তা চৎলি। অসিগুম্না অদোম্না খঙবা ঙমব্রা, ঐহাক্না করি ফোংদোকপা পাম্বগে, মদু?

# খঙবা ওইরিমখৈ, মদুখৈ মহাক্না ধর্মবু তাকপীরি

মসিদা (ভারত লৈবাক্তা) সন্ত পুরুষ অমসুং জ্ঞানীপুরুষ পোকপা ওইরি অমসুং মখোয়না ময়ামবু কান্নবা ফংহনদুনা লাক্লি। মখোয়না মশামক ঈপাক্তু লান্থোক্লি অমসুং অতোপ্পবুসু ঈপাক্তু লান্থোকপীরি। মশামক্না ওইরিবা মদুগুম্না চপ-

মান্নবা ওইহল্লি। মশামক্তা করিগুম্বা মীওইবগী ধর্ম ইল্লবদি, মদু ওইরবদি মীওইবগী ধর্মবু তাকপীরি। মসিগী মমাংদা করিগুম্বা মহাক্তা দেবকী ধর্মবু ইল্লবদি মদু ওইরবদি মহাক্তা দেব ওইবা ধর্মবু তাকপীরি। 'হেন্থোইরবা মীওইবা' (সুপর-হয়ুমন) গী ধর্মবু খঙলবদি হেন্থোইরবা মীওইবগী ধর্মবু তাকপীরি। হায়বদি, কনাগুম্বনা খঙলিবা ধর্মদুবু, মদুবু মহাক্তা তমবিরম্মী। অমসুং করিগুম্বা মসি পুম্নমক মতেংশিংদগী মুক্তি ওইবগী জ্ঞান খঙলবদি, মহাক্তা মুক্তি ওইরবদি, মদু ওইরবদি মহাক্তা মুক্তি ওইনবগী জ্ঞানবুসু তাকপীগনি।

# অসিগুম্বনি শারমচৎ কী ধর্ম

**ৱাহং-হংলিবা :** তশেংবদা ধর্মদি মীওইবগী ধর্মনি। হৌজিক মদুদা মরু-ওইনা মসিবু খঙগদবনি মদুদি তশেংনমক্কী মীওইবগী ধর্ম হায়বদি 'ঐখোয়দগী কনাগুম্বা অমত্তবু অৱাবা ওইদনবা।' মসিনা মহাক্কী খ্বাইদগী চাউবা য়ুম্বিনি। লক্ষমীগী, সত্তা (শাসন) গী, লন-থুমগী, মসি পুম্নমক্কী লান্না শীজিন্নরোইদবনি, মদুবু অফবা লম্বীদা শীজিন্নগদবনি। মসি পুম্নমক মীওইবা ধর্মগী সিদ্ধান্তনি অসিগুম্না ঐহাক্তা থাজবনি, মদু ওইরবদি অদোমদগী খঙবা পাম্মি মদুদি মসি চুমব্রা?

**দাদাশ্রী :** তশেংবদা মীওইবগী ধর্মদি মসিনি মদুদি করিগুম্বা জীব অমত্তবু খজিক্তং ফাও অৱাবা পীরোইদবনি। কনাগুম্বা ঐখোয়বু অৱাবা পীরবদি মহাক্তা শারমচৎ তৌরি তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না শারমচৎ তৌরোইদবনি, করিগুম্বা মীওইবা অমা ওইনা লৈগে হায়রবদি। অমসুং করিগুম্বা মীওইবগী ধর্মবু ফজনা য়াথং-ইল্লবদি মদু ওইরবদি মোক্ষ ফংবদা মতম থিন্থবা ওইরোই। মীওইবগী ধর্মবু খঙবা ওইরবদি য়াম্না য়াইফরে হায়গনি। অতোপ্পা করিগুম্বা ধর্মবু খঙবগী মথৌ তাদ্রে। মীওইবগী ধর্ম হায়বদি শারমচৎ তৌদবা, মদুনি মীওইবগী ধর্ম। করিগুম্বা ঐখোয়বু তাথিনা ঙাংলবদি মদু শারমচৎনি, তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না শারমচৎ তৌদ্রবদি, ঐখোয়না মীওইবগুম্না *সমতা* থমলবদি অমসুং মঙোন্দা হংলবদি, 'ইবুংঙো, ঐগী করি ইরালনো? নহাক্তা ঐঙোন্দা হায়য়ু মদু ওইরবদি ঐ ইশাগী অরানববু চুমথোক্কে।' মীওইবগী ধর্ম অসিগুম্না ওইগদবনি মদুদি কনাগুম্বা অমত্তবু ঐখোয়দগী খজিক্তং ফাও অৱাবা ওইদবা। কনাগুম্বা অমদগী

ঐখোয়বু অৱাবা ওইরবদি মদু ওইরবদি মদু মহাক্কী শারমচৎ ওইবা ধর্মনি। মদুদা মদুগী মহুত্তা ঐখোয়না শারমচৎকী ধর্ম তৌরোইদবনি। শারমচৎকী ম্মাংদা শারমচৎ তৌদবা, মদুনি মীওইবগী ধর্ম। অদোম্না খঙবা ঙমব্রা? মীওইবগী ধর্মদা টীট ফোর টেট চৎতে। কনাগুম্বনা ঐখোয়বু তাথিনা চৈরবদি অমসুং ঐখোয়না মহাকপুসু চৈরবদি, কনাগুম্বনা ঐখোয়বু ফুরবদি অমসুং ঐখোয়না মহাকপু ফুরবদি, মদু ওইরগদি ঐখোয় শাগুম্না ওইরেদনা! মীওইবগী ধর্ম কদায়দা লৈরিবগে? হায়বদি ধর্মদি অসিগুম্না ওইগদবনি মদুদি কনাগুম্বা অমত্তবু অৱাবা ওইদবা।

হৌজিক্তি কৌরি মীওইবা তৌইগুম্বসুং মীওইবা অমা ওইবগী নিয়ত্তি মাংখ্রবা ওইরি, মদু ওইরগদি মদুবু করি কান্নরিবগে? থোইদিংদা থাও থোক্তবগুম, মদু ওইরবদি মদুগী থোইদিং অদু করি কান্নবগে? মদু ওইরবদি মদুবু থোইদিংনি হায়না করম্না কৌগনি? মহাক্কী মীওইবা অমা ওইবগী নিয়ত্তি মাংখ্রবা ওইরি। মীওইবা অমা ওইবগী নিয়ত্তি অহান্বদা দরকার ওইরি। মদুদা সিনেমা পুথোকপশিংনা শক্লিদনা, 'কিত্না বদল গয়া ইন্সান...'মদু ওইরবদি মতুংদা করি লৈহৌরিবগে? মীওইবনা হোংলবদি শেল্লেপ মপুং-ওইবা অদু পুম্মাং-মাংলে! হৌজিক করিগী ব্যাপার তৌগনি, ইবুংঙো?

## অন্দরহেন্ডগা লোয়ন্না ইথৌ পাঙথোকপদা...

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়গী থুংকী মখাদা কনাগুম্বনা থবক তৌরবদি, ঐখোয়গী ইচানুপা ওইরবসু নত্রগা ওফিস্তা কনাগুম্বা অমা ওইরবসু, নত্রগা কনাগুম্বা অমা ওইরবসু মহাক্না মশাগী থৌদাং পাংথোক্রবদি মতম অদুদা ঐখোয়না মহাকপু অফবা এডভাইস পীবা ওইরি। হৌজিক মসিদগী মহাক্না নুংঙাইতবা ওইরবদি মতম অদুদা কোন্ট্রডিক ফাওবা ওই অসিগুম্না মাল্লি। মদুদা করি তৌবা মথৌ তাবগে?

**দাদাশ্রী :** মদুদা প্রোব্লেম ওইদে। অদোমগী মীৎয়েং চুল্লিবমথৈ, মতমদু ফাও প্রোব্লেম ওইদে। তৌইগুম্বসুং মদুদা অদোমগী শারমচৎ (অৱাবা পীন্বগী) অপাম্বা অদু তৌরোইদবনি। অমসুং কোন্ট্রডিক ফাওবা ওইরগদি মতুংদা ঐখোয়না

মঙোন্দা লাল্লে হায়জগদবনি হায়বদি মদুগী অরান্নবদু এক্সেপ্ট তৌরো। মীওইবগী ধর্ম মপুংফানা ওইগদবনি।

# সেবারিদগী অমাং-অতা ওইবা, মতমদা...

মসি ময়ামশিংগী মরক্তা করিগী মোৎ-খেন্নরিবনো?

**ৱাহং-হংলিবা :** মোৎ-খেন্নবগী মরমদি মশাগী কান্নবা য়েংবনি।

**দাদাশ্রী :** মশাগী কান্নবা-য়েংবদি মদুবু কৌই মদুদি থৎনবা-চৈনবা তৌদবা। মশাগী কান্নবা-য়েংবদদি মতম লৈবা খিবিক্ত নুংঙাইবতা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং আধ্যাত্মিক কান্নবা-য়েংবা ওইরগদি মদুদা নুংঙাইবা ওইরি, মপাল-থোংগী কান্নবা-য়েংবা ওইরগদি মদুদদি অৱাবা ওইবা ওইদনা!

**দাদাশ্রী :** হোয়, তৌইগুম্বসুং মপাল-থোংগী কান্নবা-য়েংবসু অদুম য়াই। মশাগী নুংঙাইবা লৈরিবদু মদু মাংদন্বা, হন্থদনবা। মদুগী নুংঙাইবা অদুবু হেনগৎন্বা, মসিগুম্না মীকুপ অমত্তা হাংদনা লৈরি। তৌইগুম্বসুং মসি থৎনা-চৈন্বদগী মপালগী নুংঙাইবা অদুসু মাংবা ওইরি। লোয়নবীগী মখুত্তগী গ্লাস তারবদি অমসুং মদুদা লুপা ২০গী অমাংবা ওইরবদি খুদক্তা মপূক্কীং মনুংদা খোইদৌ-শাউগৎপা ওই মদুদি 'লুপা ২০গী অমাংবা ওইহল্লি।' অরে অপঙ, মসিবু অমাংবা কৌদে। মদুদি মহাক্কী মখুত্তগী তাখিবা ওইরি, করিগুম্বা নহাক্কী খুত্তগী তারবদি মদু ওইরবদি নহাক্না করম্বা নিয়ায় তৌগনি? মদুগুম্না ঐখোয়না নিয়ায় তৌগদবনি। তৌইগুম্বসুং মদুদা ঐখোয়না অসিগুম্বা নিয়ায় তৌই মদুদি 'মহাক্না অমাংবা তৌই।' তৌইগুম্বসুং মহাক কনাগুম্বা মপানগী মীওইগুম্বরা? অমসুং করিগুম্বা মপানগী মীওই ওইরবসু, সেবারি ওইরবসু অসিগুম্না তৌরোইদবনি। মরমদি মদু করম্বা নিয়মগী মখা-পোন্না তারিবনো, মহাক্না থাদরা নত্রগা তাখিরা, মসিগী ৱাখল থন্থরোইদ্রা? সেবারিনা থাদগে-থন্না থাদবরা?

হায়বদি করম্বা ধর্মগী য়াথং ইনগনি? কনাগুম্বনা মাংহল্লবসু, ঐখোয়না কনাগুম্ববু য়েক্নবা-ওইনা উরবদি মহাক তশেংনমক্কী ঐখোয়গী য়েক্নবা নত্তে।

কনাগুম্বা অমত্তনা মাংহন্বা তৌবা ঙমদে। মরমদুনা মহাক্কী মথক্তা দুব্লেস থল্লোইদবনি। মতুংদা মহাক ঐখোয়গী য়ুমগী মীওই ওইরবসু নত্রগা সেবারিদগী গ্লাস তারবদি, মদু ওইরবসু মদুবু সেবারিনা থাদদে। মদুবু থাদরিবা অদুদি কনাগুম্বা অমনি। মরমদুনা সেবারিদা কা-হেন্না শাউবা তৌগনু। মঙোন্দা তপ্না হায়য়ু, 'ইবুংঙো, খজিক্তং তপ্না চৎলু, নহাক্কী খোঙদি পোক্তেদনা?' অসিগুম্না হংঙু। ঐখোয়গী গ্লাস তরা-তরানিথোই কায়রবদি মনুংদা খোয়শাউন্বা-চাকপা হৌবা ওই। গেস্না ফমলি-ফাও শাউবা তৌদে তৌইগুম্বসুং(মনুংদা) চাকপা ওইরি। অমসুং গেস্ট অদুনা চৎখ্রবা মতুংদা খুদক্তা মদুগী ব্রাহং-পাওহংবা তৌই। অসিগুম্না তৌবগী মথৌ তাদে। মসি খ্বাইদগী চাওবা মরাল অমনি। কনানা তৌবনো মদু খঙদোক্লোইদ্রা। জগত্তি মীত্তগী উরিবগুম্না, মদুগী *নিমিত্ত* অদুবু চীকনবগী তান্নে।

ঐহাক্কা অসুক-য়াম্না পীকপা অঙাংবু হায় মদুদি চৎলু, মসি গ্লাস অসিবু মপান্দা হুন্দোক্লগা লাকউ, মদুদা মহাক্কা লেংজুম ইনখত্তুনা মহাক্কা য়াদে। কনাগুম্বা অমত্তনা মাংহন্বা তৌদে। অঙাং অমদা ঐহাক্কা হায়, 'দাদাজিগী খোঙুপতু মদুবু মপান্দা হুন্দোক্লগা লাকউ।' মদুদা লেংজুম অসিগুম্না তৌদুনা হায়রম্মী, 'মদুদি হুন্দোক্লোইদবনি।' কয়াদা চুম্না খঙলিবা! হায়বদি, অসিগুম্নদি কনাগুম্বনা হুন্দোক্তে। সেবারিনসু থুগায়দে। মসি মীওইশিংদি অপঙবনি, সেবারিশিংবু প্রোব্লেম পীরি। অরে, নহাক্কা সেবারি ওইরবা মতমদুদা নহাক্কা খঙগনি। হায়বদি ঐখোয়না অসিগুম্না তৌদ্রবদি করিগুম্বা ঐখোয়গী সেবারি ওইবগী মতাং-লাক্লবদি ঐখোয়না অফবা সেঠ ফংগনি।

মশাবু অতোপ্পশিংগী মফমদা থম্বা মদুনি মীওইবগী ধর্ম। অনীসুবা ধর্মদি মতুংদা আধয়াত্মা, মদুদি মদুগী মমাংগী ওইরি। তৌইগুম্বসুং অসিখক মীওইবগী ধর্মদি হৈগদবনি।

## শাজৎলোন ব্রাংলিবমথৈ, মদুগা মান্ননা অহোংবা!

**ব্রাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং মসিগী ব্রাফম অসিবু খঙলবসু অনম্বা মতমদা ঐখোয়না অসিগুম্না লৈতে, মদুগী করি মরম্লো?

**দাদাশ্রী :** মরমদি মসি জ্ঞান অসিদি খঙদেদনা। অশেংবা জ্ঞানদি খঙদেদনা। জ্ঞান খঙলিবদু মদুদি লাইরিকশিংগী মতেংনা খল্লা খঙবা ওইরি তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা ক্লালিফাইড গুরুদগী খঙবা ওইদে। ক্লালিফাইড গুরু হায়বদি মহাক্লা হায়-হায়বা পুন্নমক মদু ঐখোয়না মনুংদা একজেক্ট ওইবা ওইরদি। মতুংদা ঐহাক্লা করিগুম্বা বীড়ীশিং থক্কুনা লৈরবদি অমসুং অদোমদা হায়রবদি, 'বীড়ী থাদোকপীয়ু' মদু ওইরবদি মদুগী করিগুম্বা রিজল্ট অমত্তা ফংদে। মদুদি শাজৎলোন-ৱাংবা দরকার ওই। মদুগীদমক্তদি গুরু মপুংফানা শাজৎলোন-ৱাংবা ওইরগদি, মতমদুদা ঐখোয়দগী য়াথং-ইনগনি, নত্রগদি হেক্তা ইন্বা ওইরোই।

ইশাগী অঙাংদা হায়রবদি মসি বোতলদা হু য়াওরি। য়েংউ, ঊইদনা অঙৌবা ওইনা! নহাক্লা মসিবু থেংগনু। মদুদা মদুগী অঙাং অদুনা করি হংবগে? হু হায়বদি করিনো? মদুদা অদোম্না হায়রি মদুদি হু হায়বদি মসিদগী শিবা ওইহল্লি। মদুদা মহাক্লা অমুক হন্না হংই, 'শিবা হায়বদি করিনো?' মতমদুদা অদোম্না হায়,''ঙরাং মফমদুদা মহাকপু পুন্দুনা পুইদনা, নংনা হায়দনা, 'পুখিনু, পুখিনু।' মখোয়না শিরবদি পুদুনা চৎলি মতুংদা।'' মসিদগী মহাক্কী খঙবদা লাকপা ওই অমসুং মতুংদা মদুবু থেংদে। জ্ঞান খঙবা ওইবা ওইগদবনি।

অমুক্তং খঙহল্লবা, 'মসি হুনি!' মতুংদা মদুগী জ্ঞান অদু অদোমবু নীংশিংদুনা লৈগদবনি অমসুং জ্ঞান নীংশিংদুনা লৈতবদুদি, মদুদি জ্ঞান নত্তে, মদুদি অজ্ঞান্নি। মসিদগী এহমদাবাদ চৎন্নবগী জ্ঞান, অদোম্মু নকশা পুম্বা পীরবদি অমসুং মতুংদা মদুগী মতুং ইন্না করিগুম্বা এহমদাবাদ লাক্রবদি মদুগী নকশা অদু অরাম্বনি, একজেক্ট ওইনা খঙগদবনি।

## মপোক মরীদা কোয়চৎ-চৎপগী মরম...

**ৱাহং-হংলিবা :** মীওইবগী থৌদাংগা মরি-লৈন্বদা অদোম্না করিগুম্বা খরা তাকপীয়ু ।

**দাদাশ্রী :** মীওইবগী থৌদাংদা, মহাক্লা অমুক হন্না মীওইবা ওইগে হায়রবদি মদুগী লিমিট হায়গে। মথক্তা কাখৎলরোই নত্রগা মখাদা কুম্লরোই, মথক্তা দেব *গতি* (শ্বর্গ) লৈ অমসুং মখাদা শা-ঙাগী মপোক লৈ অমসুং মদুদগী

হেন্না মখাদা নরক মপোক লৈ। অসিগুম্বা মপোকশিং লৈ। অদোম্না মীওইবা থক্তগী মরমদা হংলিবরা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হকচাং লৈরিবমথৈদি মীওইবগুম্না থৌদাং পাংথোক্কদবা ওইদনা?

**দাদাশ্রী :** মীওইবগী থৌদাং পাংথোকই, মরমদুনা মীওইবা ওইরি। মদুদা ঐখোয়না পাস ওইরে, মদু ওইরবদি হৌজিক করিদা পাস তৌগনি? সংসার মখল অনি ওই। অমনা, মীওইবা মপোক্তা লাক্লবা মতুংদা ক্রেদিট তুংশিল্লি, মদু ওইরবদি অৱাংবা গতিদা চৎলি। ডেবিট তুংশিল্লবদি মখাদা চৎলি অমসুং ক্রেদিট-ডেবিট অনিগী ব্যাপার থিংজিল্লবদি মুক্তি ওইবা ওই। মসি মফম মঙা হাংদোক্লি। মপোক মরী লৈরি। য়াম্না ক্রেদিট ওইরবদি দেব মপোক(শ্বর্গ) ফংই। ক্রেদিট য়াম্না অমসুং ডেবিট খজিক্তং ওইরগদি মীওইবগী মপোক ফংই। ডেবিট য়াম্বা অমসুং ক্রেদিট খজিক্তং ওইরবদি শা-ঙাগী *গতি* অমসুং মপুংফানা ডেবিট মদুনা নরক মপোক। মসি মপোক মরীশিং অমসুং মঙাসুবা মদুদি মোক্ষ মপোক। মসি মপোক মরী অসি মীওইবনা ফংবা ঙম্মী অমসুং ৫সুবা মপোক্তি হিন্দুস্তানগী মীওই খক্তনা ফংবা ঙম্মী। 'স্পেশল ফোর ইন্ডিয়া'(হিন্দুস্তান খক্তগী ওইনা) অতোপ্পাশিংগী মদু নত্তে।

হৌজিক করিগুম্বা মহাক্না মীওইবা ওইগে হায়রদি মহাক্না অহল ওইরবশিংগী, মমা-মপাগী সেবা তৌগদবনি, গুরুগী সেবা তৌগদবনি, ময়ামগী মথক্তা ওব্লাইজিঙ্গ নেচর (মতেং-পাঙবগী স্বভাব) থমগদবনি। ব্যাবহার অসিগুম্না থমগদবনি মদুদি ১০পীয়ু অমসুং ১০লৌ, অসিগুম্না ব্যাবহার শেংনা থমলবদি মাংদা লৈরিবা অদুগা করিগুম্বা পীবা-লৌবা করিসু লৈতে। অসিগুম্না ব্যাবহার তৌরবদি, মপুংফানা শুদ্ধ ব্যাবহার। মীওইবা অমা ওইবদদি, কনাগুম্বনা ফুবা মতমদা নত্রগা কনাগুম্ববু ফুদ্রিঙৈ মমাংদা ৱাখল লাক্কদবনি। মীওইবা অমা ওইরগদি ৱাখল লাক্কগদবনি মদুদি করিগুম্বা ঐবু ফুরগদি করি ওইগনি? মসি ৱাখল অসি হান্না লাক্কদবনি মতমদুদা মীওইবগী ধর্ম লৈবা ঙমগনি, নত্রগদি লৈরোই। মসিদা লৈরগা ব্যাবহার পুন্নমক তৌবা ওইরগদি অমুক-হন্না মীওইবা অমা ওইবা ফংগনি, নত্রগদি মীওইবা অমা ওইবা অমুক-হন্না ফংবা ৱানা থোক্কনি।

কনাগুম্বনা মসিবু খঙবা ওইদে মদুদি মসিগী করি পরিণাম (মহৈ)লাক্কনি, মদু ওইরগদি মহাকপু মীওইবনি হায়না কৌদে। মীৎ-পাংথোক্লগা তুমলবদি মদুদি অজাগ্রতি, মহাক্তি মীওইবা কৌদে। নুমিৎ-চুপ্পা মশাগী নত্তববু ফংন্নবগীদমক থনদুনা লৈবা, পোৎ-চৈ য়ানশিনলিবা, মথোয় পুন্নমক শা-ঙাগী মপোক্তা চৎকনি। মসিদগী, মীওইবদগী চপ-তিংনা শা-ঙাগী মপোক্তা চত্তুনা মতুংদা মফমদুদা শাজা ফুগৎপা ওই।

ইশাগী নুংঙাইবা অতোপ্পদা পীরবদি, ইশাগী হক্কী ওইবা নুংঙাইবদু অতোপ্পদা পীথোক্লবদি মদু ওইরবদি মহাকপু সুপর হিয়ুমন কৌই অমসুং মরমদুনা স্বর্গদা চৎলি। মশানা নুংঙাইগদবা অদু, মশাগীদমক শেমজবা অদু, মদুবু মঙোন্দা দরকার ওইরি মদু ওইজরবসু অতোপ্পবু পীথোকপা ওইরি, মদু সুপর হিয়ুমন্নি। হায়বদি দেব-মপোক ফংবা ওইরি। অমসুং কনাগুম্বনা কান্নদবদা মাংবা পীবা, মশামকপু করিগুম্বা কনাবা ওইদ্রবসু মদু ওইজরবসু মাংদা লৈরিবা অদুবু য়াম্না মাংবা পীবা, মহাক্না নরক-মপোক্তা চৎলি। কনাগুম্বনা মশাগী হক নত্তববু নুংঙাইথোকপা, মথোয়দি মশাগী কান্নবগীদমক নুংঙাইথোকই, মরমদুনা শা-ঙাগী মপোক্তা চৎলি। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা মরম লৈতনা মীয়ামগী য়ুমবু মৈ-থাদোকপা, অসিগুম্বা অতোপ্পা থবকশিংবু তৌবা, অমাং-অতা থোকহন্বা, মথোয় পুন্নমক নরক কী অধিকার ওইরি। কনাগুম্বনা অতোপ্পা জীবশিংবু হাৎপা নত্রগা পুখ্রিদা হু য়ানশিনবা, নত্রগা গুহাদা অসিগুম্না করিগুম্বা থাদরবদি, মথোয় পুন্নমক নরক্কী অধিকার ওই। দাইতা পুন্নমক মশা থক্তগীনি। শম্না অমা থক্কী দাইতা অদুসু সংসারদা ইশা থক্কীনি।

মহৌশাগী য়ুমদদি খজিক্তং ফাও অননিয়ায় ওইদে। মসিদা মীওইশিংদা করিগুম্বা অনয়ায় লৈগনি, তৌইগুম্বসুং মহৌশাগী য়ুমদদি মপুংফানা নিয়ায় ওইদুনা লৈরি। করিগুম্বদা ফাও অননিয়ায় ওইবা ওইদ্রি। মসি পুম্বা নিয়ায়দা লৈদুনা লৈরি অমসুং ওইরিবদুসু মদুসু নিয়ায় থকপু ওইবা ওইরি, অসিগুম্না করিগুম্বদা লৌশিন্বদা লাক্লবদি মদুবু 'জ্ঞান' কৌই। ওইরিবা অদু 'মদু অরান্বনি, মসি অরান্বনি, মসি অচুম্বনি' অসিগুম্না হায়রি মদুবু 'অজ্ঞান' হায়না কৌগনি। ওইরিবা মদু করেক্টনি(অচুম্বনি)থক্নি।

## অন্দরহেন্ডগা লোয়ন্না মীওইবগী ধর্ম

করিগুম্বা কনাগুম্বনা ঐখোয়দা শাউরগদি মদুবু ঐখোয়না থাংবা ঙমদে তৌইগুম্বসুং নুমিৎ চুপ্পা অতোপ্পগী মথক্তা শাউদুনা লৈ। অরে! মসিনা করম্বা কোক? মসিবু মীওইবগী ধর্ম কৌদে। মশাগী মথক্তা করিগুম্বা কনাগুম্বনা খজিক্তং ফাও শাউরবদি থাংবা ঙমদে অমসুং মদুগী মীওই অদুনা নুমিৎ-চুপ্পা পুম্নমক্কী মথক্তা শাউদুনা লৈ, মরমদি মখোয় নমথদুনা লৈবা মরম অদুনরা? নমথদুনা লৈবশিংবু ফুবদি য়াম্না চাওবা অপরাধ কৌগনি। ফুগদৌবা ওইরগদি মথক-থোংবা (ঐখোয়গী মথক্তা লৈবা) মদুবু ফু! ভগৱানবু নত্রগা মথক-থোংবা অদুবু, মরমদি মখোয় অদোমগী মথক-থোংবনি, শক্তী লৈবনি। মসিদি অন্দরহেন্ড শক্তী লৈতবনি, মরমদুনা পুন্সি চুপ্পা মহাকপু ফুই। ঐহাক্নদি অন্দরহেন্ডবু য়াম্না মরাল লৈবা ওইরবসু, মহাকপু কনবি। তৌইগুম্বসুং মথক-থোংবদুনা য়াম্না ফাবা ওইজরবসু ঐহাক্না মথক-থোংবা পামদে অমসুং ঐহাক্না কনাগুম্বগী মথক-থোংবা ওইনিংদে। মথক-থোংবা অদুনা ফবা ওইরবদি ঐহাক্না কায়বা ওইদে, তৌইগুম্বসুং মদুগী মসি অর্থদি নত্তে মদুদি মহাক্না মতম-চুপ্পদা অসুম্না লৈগনি। মহাক্না করিগুম্বদা ঐখোয়বু চৈবসু য়াই। মথক-থোংবা কনাবু হায়গনি মদুদি অন্দরহেন্ডবু ঙাকপী শেন্বিবা! মদু অশেংবা মথক-থোংবনি। ঐহাক্না অশেংবা মথক-থোংববু থিরি। ঐহাক্কী মথক-থোংবা ওইয়ু তৌইগুম্বসুং অশেংবা মথক-থোংবা ওইয়ু! নহাক্না ঐখোয়বু কিহল্লবদি, মদুগীদমক ঐখোয়না পোকপরা? অসিগুম্না নহাক্না ঐখোয়দা করিবু পীগনি?

অদোমগী মসিদা কনাগুম্বা থবক তৌবা ওইরগদি মহাকপু কৈদৌনুংদা হন্থনা য়েংবা তৌগনু, মপূক্কীং নুংঙাইরোইদবা তৌরোইদবনি। পুম্নমকপু চপ-মান্নবা মীৎয়েংদা থম্মু। কনানা খঙবগে কনাগুম্বদগী করিগুম্বা কনাবা ফংগনি!

## কোম (জাৎ) খুদিংমক্তা মীওইবগী ধর্ম

**ব্রাহং-হংলিবা :** মীওইবা মপোক্কী লাক্ষ ১৪গী য়োনিশিং, লেয়র্স (মরোল) নি। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্না মীওইবা জাতিদৌনা য়েংলগদি বায়োলোজিকল্লী ওইনদি কনাগুম্বা অমত্তগা খেৎন্বা ওইদে, পুম্নমক চপ-মান্নবা ওই তৌইগুম্বসুং

মসিদা অসিগুম্না থঙবা ওইরি মদুদি বায়োলোজিকল্লী থেন্নবা লৈত্রবসু, তৌইগুম্বসুং মহাক্কী মীওইবা ওইবদুদি...

**দাদাশ্রী :** মদুদি ডেবলপমেন্ট(মনুংগী ওইবা ডেবলপমেন্ট) নি। মদুগী থেন্নবদি য়াম্না লৈবা ওইরি।

**ৱাহং-হংলিবা :** তোঙান-তোঙানবা লেয়র্স ওইরবসু বায়োলোজিকল্লী পুন্নমক চপ-মান্নবা ওইরগদি মতুংদা মদুগী করিগুম্বা কোমন ধর্ম অমা লৈবা য়াইদনা?

**দাদাশ্রী :** কোমন ধর্মদি মীওইবগী ধর্ম, মহাক্না মশাগী জ্ঞানগী মথা পোন্না মীওইবগী ধর্মবু ইন্বা ঙম্মী। মীওই খুদিংমক্না মশাগী থঙবগী মথা পোন্না মীওইবগী ধর্মবু ইন্বা ওইরি, তৌইগুম্বসুং অশেংবা অর্থদা মীওইবগী ধর্মবু য়াথং ইল্লবদি, মদুবু খ্বাইদগী ফবনি হায়গনি। মীওইবগী ধর্মদি য়াম্না ৱাংই তৌইগুম্বসুং মীওইবগী ধর্মদা লাক্লবা মতম অদুদা ? মীয়ামদা মীওইবগী ধর্ম কদায়দা লৈরিবগে?

মীওইবগী ধর্মদি য়াম্না ফজৈ তৌইগুম্বসুং মদু ডেবলপমেন্টগী মথা পোল্লি। অমেরিকানগী মীওইবগী ধর্ম তোঙাল্লি অমসুং ঐখোয়গী মীওইবগী ধর্ম তোঙাল্লি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুদসু থেন্নব্রা দাদাজী? করম তৌনা থেন্নবগে?

**দাদাশ্রী :** য়াম্না থেন্নবা ওইরি।

ঐখোয়গী মমতা(এতেটচমেন্ট) অমসুং মখোয়গী মমতাগা থেন্নবা ওইরি। ঐখোয়গী ইমা-ইপা মথক্তা ঐখোয়গী লৈরিবা মমতা মদুখৈ মদুগুম্না মখোয়দা লৈতে। মরমদুনা মমতা য়াম্না লৈতবা মরম্না ভাৱ থেন্নবা ওইরি, মদুখৈ হন্থবা ওইরি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মমতা য়ামদনা লৈবা ওইরিবমখৈ মদুখৈ ভাৱদা থেন্নবা ওইব্রা?

**দাদাশ্রী :** মদুগী চাং অদুদা মীওইবগী ধর্ম ওইবা ওইরি। হায়বদি ঐখোয়দৌনা মীওইবগী ধর্ম ওইদে। মখোয়দি মীওইবগী ধর্মদা লৈরি। সন্না হায়রবদা ৮০% মীয়ামদি মীওইবগী ধর্মদা লৈরি, থালি ঐখোয়গী মীওই থক্তনা লৈতে। মসি নত্তনদি পুন্নমক্না মখোয়গী হিসাবকী মথা পোন্না মীওইবগী ধর্মদা লৈরি।

# মীওইবা অমা ওইবগী মখল, তোঙান-তোঙান

**ৱাহং-হংলিবা :** মসি মীয়াম পুন্নমকসি, মহাক্কী জ্ঞান অসি, করিগুম্বা জৈন ওইরবসু, বৈষনব ওইরবসু, খৃষ্টিয়ন ওইরবসু, মখোয়দি মফম পুন্নমক্তা চপ-মান্বা ওইদনা?

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি মদুদি ডেবলপমেন্ট ওইরিবা মদুগুন্না, মদুগুন্না মহাক্কী খঙবা ওই। জ্ঞানী, মহাকসু মীওইবনিদনা!

জ্ঞানীগী মীওইবা অমা ওইবা, অজ্ঞানীগী মীওইবা অমা ওইবা, পাপ তৌবগী মীওইবা অমা ওইবা, পুন্য ওইবগী মীওইবা অমা ওইবা, পুন্নমক্কী মীওইবা অমা ওইবা অসি তোঙান-তোঙান্না ওইবা ওইরি। মীওইবা মখল অমত্তং ওইজরবসু!

জ্ঞানীপুরুষকী মীওইবা অমা ওইবা তোঙান্বা মওংগী ওইবা ওইরি অমসুং অজ্ঞানীগী মীওইবা অমা ওইবা তোঙান্বা মখলগী ওইবা ওইরি। মীওইবা অমা ওইবা অসি পুন্নমক্তা লৈবা ওইরি, অজ্ঞানীদসু মীওইবা অমা ওইবা অসি লৈরি। অন্দেবলপ ওইবা অদুদসু মহাক্কী মীওইবা অমা ওইবা, তৌইগুম্বসুং মহাক্কী মীওইবা অমা ওইবা অদু তোঙান্বা মখলগী ওইরি, মদুনা অন্দেবলপ অমসুং মসিনা ডেবলপ। অমসুং পাপীগী মীওইবা অমা ওইবা হায়বদি, ঐখোয়না করিগুম্বা মাংদা হুরান্বা থেংনরবদি, মতম অদুদা মহাক্কী মীওইবা অমা ওইবা অদু করম তৌবগে? হায়গনি 'লেপতুনা লৈয়ু।' ঐখোয়না খঙগনি মদুদি মসিনি মহাক্কী মীওইবা অমা ওইবনি। মহাক্কী মীওইবা অমা ওইবদু ঐখোয়না উইদনা? মহাক্না হায়, 'খুৎশিন্নৌ।' মতমদুদা ঐহাক্না হায়, 'মসি লৌরো ইবুংঙো, থুনা।' ঐহাক্না নহাক ফংলি, মদু নহাক্কী পুন্যনিদনা!

মীকিথি ওইবা মীওই অমনা ঐঙোন্দা হায়রন্মী, 'হৌজিক্তি টেক্সিদা চৎপা য়াদ্রে।' ঐহাক্না হংই, 'করি তৌরবগে ইবুংঙো? অসুক য়াম্বা টেক্সিশিংনি অমসুং চৎপা য়াদ্রে, করি তৌবা য়াওরগে? করিগুম্বা অনৌবা সরকারগী লো লাক্লবরা?' মতম অদুদা মহাক্না হায়, 'নত্তে, টেক্সি থৌবশিংনা লুট তৌরি। টেক্সিদা ফুদুনা য়েদুনা লুট তৌরি।' 'অরে, অসিগুম্বা জ্ঞান য়াওদবগী ৱাফম অসি অদোম করম্বা মতম ফাও তৌদুনা লৈগনি?' লুট তৌরিবদু নিয়মগী মতুং ইনব্রা নত্রগা নিয়মগী মপানদ্রা? নুংতিগী মীওই মরী লুট তৌবা ওই, হৌজিক মদুগী লোটত্রি অদু অদোমবু ফংগদ্রা, মসিগী থাজবা অদোম্না করম্না ওইরিবা? মদুগী লোটত্রি অদুদি কনাগুম্বা হিসাব লৈবদুবু করিগুম্বা মতমদা ফংই, নুংতিগী লোটত্রিবু ফংব্রনে?

মসি খৃষ্টিয়নসু মমাংগী-মপোক অসি খঙদে। অদোম্না ফনা য়াম্না মঙোন্দা হায়রবসু মদুদি অদোম মমাংগী মপোকপু করিগী থাজদ্রিবনো? মদু ওইজরবসু মহাক্না লৌদে। তৌইগুম্বসুং ঐহাক্না (নহাক অরান্বনি) অসিগুম্না হায়বা য়াদে, মরমদি মসি মীওইবগী অমা ওইবগী ময়োক্তনি। করিগুম্বা অমা ঙাঙবদগী মদুনা মাংদা লৈরিবা অদুবু খজিক্তং ফাও নুংঙাইতবা ওইরবদি, মদু মীওইবগী ধর্মগী ময়োক্তনি। অদোম্না মহাকপু পূক্নীং থৌগৎকদবনি।

# অসিগুম্না হিক্তোকথি মীওইবগী ধর্ম

মীওইবগী ধর্মদি মপুং ওইবা পোৎনি। মীওইবগী ধর্ম অসি চপ-মান্নবা ওইদে। মরমদি মীওইবগী ধর্ম মদুবু 'তৌবা' হায়না কৌরিবদু, মদুগী তৌবা অদু য়ুরোপীয়ন অমনা, অদোমগী মথক্তা মীওইবগী ধর্ম তৌরবদি অমসুং অদোম্না মহাক্কী মথক্তা মীওইবগী ধর্ম তৌরবদি অনীমক্তা য়াম্না চাউবা থেন্নবা ওইগনি। মরমদি মদুগী মতুংদা মহাক্কী ভাৱনা করিনো অমসুং অদোমগী ৱাখলনা করিনো? মরমদি অদোম ডেবলপনি, অধ্যাত্ম 'ডেবলপ' ওইরিবা মদুগী লৈবাক অদুগীনি। মরমদুনা ঐখোয়গী সঙস্কার য়াম্না ৱাংবা মখলগীনি। করিগুম্বা মীওইবগী ধর্মদা লাক্লবদি, মদু ওইরবদি ঐখোয়গী সঙস্কারদি অদুক্কী মতীক ৱাংই মদুদি মদুগী পনখৈ লৈতে। তৌইগুম্বসুং করাম-চাউবা অমসুং মীহৌবনা মরমদুনা মখোয় মীয়াম্না মীওইবগী ধর্ম অসি হিক্তোকখ্রে। ঐখোয়গী অসিদা অশাউবা-নাপল-

মায়া-মীহৌবা 'ফুল্লি ডেবলপ' ওইবা ওইরি। মরমদুনা মফম অসিগী মীয়ামশিংনা মসিগী মীওইবগী ধর্ম অসি হিক্তোলি তৌইগুম্বসুং মোক্ষকীদমক শুংশোই-শোইদনা মতীক-চাবনি। মরমদি মসিদা ডেবলপ্ড ওইবা মতমদুদগী মহাক মোক্ষকী মতীক-চাবা ওইরে। মখোয়দি মোক্ষকী মতীক-চাবা কৌদে। মখোয়দি ধর্মগী মতীক-চাবনি, তৌইগুম্বসুং মোক্ষকী মতীক-চাবা নত্তে।

# মীওইবা অমা ওইবগী থোইদোক-হেন্দোক্লা থঙবা

**ৱাহং-হংলিবা :** তোঙান-তোঙান্বা মীওইবা ওইবগী লক্ষন খজিক্তং শুগায়না-শান্দোক্লা তাকপীয়ু।

**দাদাশ্রী :** মীওইবা ওইবগী গ্রেড(থাক)তোঙান-তোঙান্বা ওই। লৈবাক খুদিংগী মীওইবা অমা ওইবদুদি, মহাক্কী ডেবলপমেন্টগী মখা-পোন্না গ্রেড পুন্নমক লৈবা ওইরি। মীওইবা অমা ওইবা হায়বদি মশাগী গ্রেডপু লেপ্পা মথৌ তাই, মদুদি করিগুম্বা ঐখোয়না মীওইবা অমা ওইবা পুরক্কে হায়রবদি, 'ঐহাক্লা নুংঙাইবদু মদুখক ঐহাক্লা মাংদা লৈরিবা অদুগী তৌগনি।' ঐখোয়না নুংঙাইবা ওইগুম্না মদুগুম্বা নুংঙাইবা সঙয়োগ ঐখোয়না মাংদা লৈরিবা অদুগীদমক ব্যবহার পুরক্লবদি, মদুবু মীওইবা অমা ওইবা কৌগনি। মরমদুনা পুন্নমক্কী মীওইবা অমা ওইবা অসি তোঙান-তোঙান্না ওইরি। মীওইবা অমা ওইবসি পুন্নমক্কী চপ-মান্নবা ওইদে, মখোয়গী গ্রেডেশনগী মতুং-ইন্না ওই।

ইশানা নুংঙাইজবা মদুগুম্না অতোপ্পগী মথক্তসু থমগদবনি মদুদি করিগুম্বা ঐহাক্লা অৱাবা ওইরবদি, মদু ওইরবদি মহাক্লা করিগী অৱাবা ওইরগ্লোই? ঐখোয়গী কনাগুম্বনা করিগুম্বা হুরাল্লবদি ঐখোয়না অৱাবা ফাওই, মদু ওইরবদি কনাগুম্বগী হুরান্বা মতমদা ঐখোয়না ৱাখল খনগদ্রা নত্রগা 'খল্লোইদ্রা! কনাগুম্ববু অৱাবা ওইবা মদুগুম্না করম্না তৌগনি?' করিগুম্বা কনাগুম্বনা ঐখোয়দা চিনথিবা ঙাংলগদি ঐখোয়না নুংঙাইতবা ফাওই মদু ওইরবদি ঐখোয়নসু কনাগুম্বগী মফমদা অসিগুম্না তৌদ্রিঙৈ মমাংদা খন্থগদবনি। লৈবাক খুদিংমক্কী, মীওই খুদিংমক্কী মীওইবা অমা ওইবগী গ্রেডেশনগ তোঙান-তোঙানলি।

মীওইবা ওইবা হায়বদি 'মশানা অপাম্বা অদু মদুগা চপ-মান্ননা

ব্যবহার অতোপ্পগী মফমদা তৌবা।’ মসি ৱাহন্থোক মচা অসি ফজে। তৌইগুম্বসুং লৈবাক খুদিংগী মীয়ামশিংনা তোঙান-তোঙান্বা মখলগী ওইনা পাম্লি।

ইশানা পামদবা, অদুগুম্বা নুংঙাইতবা ব্যবহার অতোপ্পশিংদা তৌরোইদবনি। ইশানা নুংঙাইজবা মদুগুম্বা শাজৎ অতোপ্পশিংদা তৌগদবনি। করিগুম্বা ঐহাক্না অদোমগী য়ুমদা লাকপা মতমদা অদোম্না ‘লেঙশিনবিরকউ, ফম্বীয়ু’ হায়বা অমসুং ঐহাক্না পাম্লবদি, মদু ওইরবদি ঐহাক্কী য়ুমদা কনাগুম্বা অমা লাকপা মতমদা ঐহাক্নসু মঙোন্দা ‘লেঙশিনবিরকউ, ফম্বিয়ু’ অসিগুম্না হায়গদবনি, মসিবু মীওইবা অমা ওইবা হায়না কৌগনি। মতুংদা ঐখোয়গী য়ুমদা কনাগুম্বা অমা লাকপা, মতম অদুদা ঐহাক্না অসিগুম্না হায়দ্রবদি অমসুং মঙোন্দা অসিগুম্না এক্সপেক্ট তৌরবদি, মদু মীওইবা অমা ওইবনি হায়রোই। ঐখোয়না কনাগুম্বগী য়ুমদা অতিথি ওইনা চৎপা অমসুং মখোয়না অফবা মথেল পীজগদবনি অসিগুম্না ৱাখল খল্লবদি, মদু ওইরবদি ঐখোয়নসু খনগদবনি মদুদি ঐখোয়গী য়ুমদা কনাগুম্বা মীওই অতিথি লাক্লবদি মহাকপু অফবা মথেল পীজগদবনি। অপাম্বা অদুগুম্না মদুগুম্না তৌবা মদুবু মীওইবা অমা ওইবনি।

মশাবু মাংদা লৈরিবা অদুগী মফমদা থমদুনা ব্যবহার পুন্নমক পাঙথোকপা, মদু মীওইবা অমা ওইবনি! মীওইবা অমা ওইবা অসি মীওই খুদিংগী তোঙাল্লি, হিন্দুশিংগী তোঙাল্লি, মুস্লিমশিংগী তোঙাল্লি, ক্রিশ্চেইনশিংগী তোঙাল্লি, পুন্নমক্কী তোঙান-তোঙাল্লি। জৈনশিংগী মীওইবা অমা ওইবসু তোঙাল্লি।

মদুগুম্নদি মশানা ইকায়বা ফংবা পামদে অমসুং মীয়ামবু ইকায়বা পীবদা মথৌনা লৈবা ওইরি, মদুবু মীওইবা অমা ওইবনি করম্না হায়গনি? হায়বদি ৱাফম খুদিংদা থন্থদুনা ব্যবহার তৌরবদি, মদুবু মীওইবা অমা ওইবা কৌই।

তেনতক্না, মীওইবা অমা ওইবা মীপুম খুদিংগী মশা-মশাগী মওং-মতৌ তোঙাল্লি। ‘ঐহাক্না কনাগুম্বা অমত্তবু অৱাবা পীরোই’, মসি মীওইবা অমা ওইবগী বাঊন্দ্রিনি অমসুং মসি বাঊন্দ্রি অসি মীপুম খুদিংগী তোঙান-তোঙাল্লি। মীওইবা ওইবগী মেজরমেন্ট অমখক্ত নত্তে। ‘ঐহাক্না অৱাবা ফাওবগুম, মদুগুম্বা অৱাবা ঐহাক্না কনাগুম্বা অমবু পীরোই। কনাগুম্বনা অসিগুম্বা অৱাবা পীরবদি করি ওইগনি? মরমদুনা মদুগুম্বা অৱাবা ঐহাক্না কনাগুম্ববু পীরোই।’ মহাক্না মশাগী

লৈজবা ডেবলপমেন্ট মদুখেঁ, মদুখক মহাক্না তৌদুনা লৈরি।

## নুংঙাইবা ফংই, নুংঙাইবা পীদুনা

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐহাক্না খঙলি মদুদি কনাগুম্বা অমগী থম্মোয়বু নুংঙাইতবা পীরোইদবনি মদুগুম্না হিংগনি, মদু পুম্বা মীওইবা ওইবগী ধর্মবু খঙলিব্রা।

**দাদাশ্রী :** মখোয়দি পুন্নমক মীওইবা ওইবগী ধর্মনি। মীওইবগী ধর্মগী অর্থদি করিনো? ঐখোয়না মাংদা লৈবা অদুবু নুংঙাইবা পীরবদি ঐখোয়না নুংঙাইববু ফংদুনা লৈগনি। করিগুম্বা ঐখোয়না নুংঙাইববু পীন্নবা ব্যবহার তৌরবদি ব্যবহারদা ঐখোয়না নুংঙাইবা ফংগনি অমসুং অৱাবা পীন্বা ব্যবহার তৌরবদি ব্যবহারদা অৱাবা ফংগনি। মরমদুনা করিগুম্বা ঐখোয়না নুংঙাইববু পাম্লগদি ব্যবহারদা পুন্নমকপু নুংঙাইবা পীয়ু অমসুং অৱাবা পাম্লগদি অৱাবা পীয়ু। অমসুং করিগুম্বা আত্মাগী স্বভাবিক ধর্মবু খঙলবদি মতুংদা লোয়বা-নাইদবা নুংঙাইবা ফাওদুনা লৈগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** পুন্নমকপু নুংঙাইবা ফংহন্নবগী শক্তী ফংহনবীয়ু, অসিগুম্বা প্রার্থনা তৌগদোইরা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, অসিগুম্বা প্রার্থনা তৌবা য়াই!

## হিংলিবা পুন্সিগী ব্যাহারদা একজেক্ট মীওইবগী ধর্ম

**ৱাহং-হংলিবা :** হৌজিক মীওইবগী য়াম্না মপুং-ওইবা দরকার ওইবনি হায়না কৌনরিবা, মদুগী চান-থক্নবা, ঈশিং, পোত্থবা অসিনচিংবগী ব্যবস্থা অমসুং মীওইবা মীপুং খুদিংবু সপোর্ট ফংন্বা, মসিগীদমক হোৎন্বা মীওইবগী ধর্ম কৌবরা?

**দাদাশ্রী :** মীওইবগী ধর্মদি পোৎ মখল অমনি। মীওইবগী ধর্মদি মসি ফাওবা য়ৌবা ওইরি মদুদি মসি মালেম অসিদা লক্ষ্মীগী য়েন্থোকপা, মদুদি মহৌশাগী য়েন্থোকপনি। মদুদা ঐহাক্কী শরুক ওইবদু মদু অদোম্না পীবা মথৌ তারি। মরমদুনা ঐহাক্না মীহৌচাওবগী মথৌ তাদে। মীহৌচাওবা লৈতবা মদুবু

মীওইবগী ধর্ম কৌই। তৌইগুম্বসুং মসি পুন্নমক্তি লৈবা ঙমদে, তৌইগুম্বসুং মীওইবনা করিগুম্বা লিমিত অমফাও য়াথং-ইল্লবদি য়াম্না ফরে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরগদি মদুগী অর্থদি মসি ওইরে মদুদি মথং-মথং কষায় মাংবা ওইরগদি, মদু মীওইবগী ধর্মরা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, অসিগুম্না ওইবা মতমদদি মতুংদা মহাক বিতরাক ধর্মদা লাক্লে। মীওইবগী ধর্ম হায়বদি মসি থক্তনি মদুদি লোইনবীগা লৈবা, অঙাংশিংগা লৈমিন্নবা, কনাগুম্বগা লৈমিন্নবা, তন্মায়াকার ওইরবদি, লুহোংবা শিল্লি মসি পুন্নমক্তা কষায় লৈতবা ওইবগী ৱাহং লৈতে, তৌইগুম্বসুং অদোম্না অৱাবা ওইবা মদুগুম্না অতোপ্পশিংবুসু অৱাবা ওইগনি, অসিগুম্না থন্দুনা অদোম্না চৎপীয়ু।

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, তৌইগুম্বসুং মদুদা অসুম্না ওইদনা, মদুদি থল্লুনে মদুদি ঐহাক্না চাক-লাম্মে। চাক-লাম্বা হায়বসি অৱাবা মথল অমনি। মদুগীদমক ঐখোয়গী মফমদা উপায় লৈ অমসুং, ঐখোয়না চাক-চাই। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বগী মনাক্তা মদুগী সাধন লৈতবা মঙোন্দা মদুবু পীবা। ঐখোয়না অৱাবা ওইবদু মদুবু অতোপ্পা কনাগুম্বা অমত্তবু ওইদবা অসিগুম্না তৌবা মদুসু মথল অমগী মীওইবা ওইবনিদনা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, অদোম্না অসুম্না থল্লিদনা, মদুদি মীওইবা অমা ওইবা নত্তে। মহৌশাগী নিয়মদি অসিগুম্বনি মদুদি মহাক্না মীপুম খুদিংমকপু মখোয়গী মচীঞ্জাক য়ৌহল্লি। ভারতকী খুঙ্গং অমত্তফাও অসিগুম্না নত্তে মফমদুদা কনাগুম্বা মীওইবু কনাগুম্বনা চান্নবা য়ৌহন্বা, ফী-শেৎন্নবা য়ৌহন্বা। অসিগুম্বা করিসু লৈতে। মসিদি মসি সহেরশিংদা থক ওইরি, মসি মথল অমগী হৌগৎপা ওইরি, মসিদি ব্যপরি মওংবু শিজিন্নরি মদুদি মখোয়না পৈশাবু লৌন্নবা। প্রোব্লেম কদায়দা লৈবগে? অচম্বা মীয়াম প্রজাদি, নিবা ঙমদবা মীওই, ঙাংবা ঙমদবা মীওই, হায়বা ঙমজদবা মদুদা অৱাবা ওইরি। মসি নত্তনদি মফম খুদিংদা মসিদা হায়রি মদুদি অৱাবা লৈরে? মদুদি মরম লৈতনা লৌদুনা ফম্বনি, কনাদবদা!

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুগুম্বা কনানো?

**দাদাশ্রী :** ঐখোয়গী অচম্বা ক্লাস পুম্বা অসিগুম্বনি। মফমদুদা চৎপীয়ু

অমসুং মখোয়দা হংবীয়ু মদুদি ইবুংঙো, নহাকপু করি অৱাবা লৈবগে? মসি নত্তনদি মখোয় ময়ামবু, অদোম্না অসুম্না হায়রিদনা মখোয়গীদমক দান তৌগদবনি, মখোয় মীয়ামদি য়ু-থক্তুনা নুংঙাইথোকই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুদি ফরে তৌইগুম্বসুং অদোম্না হায়দনা মদুদি অচম্বা মীওইশীংবু দরকার ওই, মদু ওইরবদি মফম অদুদা পীবা মদুদি ধৰ্ম ওইদনা?

**দাদাশ্ৰী :** হোয়, তৌইগুম্বসুং মদুদা মীওইবগী ধৰ্মবু করি মরি লৈনবগে? মীওইবগী ধৰ্মগী অৰ্থদি করিনো হায়বদা ঐহাক্না অৱাবা ওইবগুম মদুগুম্না অতোপ্পশিংবুসু ফাওরমগনি মরমদুনা অসিগুম্বা অৱাবা ওইদনবা মতৌ অসুম্না ব্যবহার তৌগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুগুম্না ওইরেদনা? কনাগুম্ববু ফী লৈতবা...

**দাদাশ্ৰী :** নত্তে, মদুদি দয়া চেন্বগী মগুণনি। মীপুম খুদিংমক দয়া করম্না উৎকনি? মদুদি কনাগুম্বা পৈশা-পাইবা মহাক থক্তনা তৌবা ঙম্মি।

**ৱাহং-হংলিবা :** ইচম চমজবা মীওইবশিংবু ফজনা ফংন্নবা, দরকার লৈবশিংদু ফংন্নবা, মরমদুনা সমাজকী ওইবা লেবেল অদুদগী হোৎন্বা ওই, মদু ফবরা? সমাজকী ওইবা লেবেলদা হায়বদি ঐখোয়না সরকারকী মথক্তা প্ৰেশর পীরবদি অদোম অসুম্না তৌবিয়ু, মখোয় মীয়ামশিংবু পীয়ু। অসিগুম্না তৌবা অসি মীওইবগী ধৰ্মদা লাকপ্ৰা?

**দাদাশ্ৰী :** নত্তে, মদু পুম্বা অরান্বা ইগোইজম (অহংকার) নি, মখোয়শিংগী।

সমাজ সেবা তৌরি, মদুদি মীয়ামগী সেবা তৌবনি, অসিগুম্না হায়ব্ৰা নত্ৰগা দয়া তৌব্ৰা, মীনুংশি উৎলি অসিগুম্না হাই। তৌইগুম্বসুং মীওইবগী ধৰ্মদি পুম্নমকপু য়ৌবা ওইরি। ঐহাক্কী ঘড়ী মাংলবদি ঐহাক্না থনগনি মদুদি কনাগুম্বনা মীওইবগী ধৰ্ম চেন্বা ওইরগদি ঘড়ী হন্দোকলক্কনি। মসি নত্তবদা মদুগুম্বা মথলগী করিগুম্বা সেবা পুম্নমক তৌরবদি, মখোয় কু-সেবা তৌবনি। মীওই অমবু ঐহাক্না হায়, 'মসিদি করি তৌরিবনো? মখোয়বু করি মরমগী মসি করিগীদমক্তা পীরিবনো? অসিগুম্না পীনব্ৰা? লাক্লে অচৌবা সেবা তৌবশিং! সেবক লাক্লে!

করিবু য়েংদুনা সেবা তৌবা থোক্লক্লিবনো?’ মীয়ামগী পৈশা অরান্বা মফমদা চৎলি অমসুং মীয়ামসু অদুম পীবা ওইরি!

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং ঙসি মদুবু মীওইবগী ধর্ম হায়না কৌনরি।

**দাদাশ্রী :** মীওইবশিংবু মাংহল্লি, অদোম্না মহাকপু হিংবসু হিংহন্দে। মদুগী মীওই অদুবু ঐহাক্না য়াম্না থিনা চৈথি। করম্বা মীওইনো? অদোম্বু অসুম্না কনানা তাকপীবগে? মীয়ামদগী পৈশা পুরকপা অমসুং মশাগী মীৎয়েংদা লায়রবা মানবা মহাকপু কৌদুনা পীবা। অরে, মদুগী থর্মোমিটর (মেজরমেন্ট) করিনো? মহাক অসি লায়রবা মাল্লি মরমদুনা মহাকপু পীগনি অমসুং মসিনা মানদে মরমদুনা মহাকপু করিগী পীরোই? কনাগুম্বনা অৱাববু ফজনা ফোঙদোকপা ঙমদবা, ঙাংবা ঙমদবা, মহাকপু পীদে অমসুং অতোপ্পবু ফজনা ঙাংবা হৈরবদি মহাকপু পীরি। অচৌবা লাক্লি থর্মোমিটর ওইবা মী! মতুংদা মহাক্না ঐঙোন্দা হায়, অদোম্না ঐঙোন্দা অতোপ্পা লম্বী তাকপীয়ু। ঐহাক্না হায়, মসিগী মীওই অসি হকচাং য়াম্না ফৈ মদু ওইরবদি মহাকপু অদোম্না পৈশাদগী লুপা ১০০০-লুপা ১৫০০গী ঠেলা লৈদুনা পীয়ু, অমসুং লুপা ২০০ কেস ওইনা পীদুনা হায়য়ু ইঞ্জাং লৈদুনা পুরকউ অমসুং য়োনবা হৌরো। অমসুং মঙোন্দা হায়য়ু মসি ঠেলা অসিগী ভরা নুমিৎ নীনী-মরীনিগী মনুংদা লুপা ৫০শিন্নবা লাকউ।

**ৱাহং-হংলিবা :** লেম্না পীরোইদবা, মহাকপু অসিগুম্বা মশা-মতোমতা তানজবা ঙম্নবা শাধন পীবা।

**দাদাশ্রী :** হোয়, অসিগুম্না নত্রগদি অদোম্না মহাকপু কানদবা ওইহল্লি। সংসার পুম্নমক্তা অতোপ্পা মফম অমত্তফাও কান্নদবা লৈতে, অসিগুম্বা কান্নদবা অসি ঐখোয়না শন্দোকলি। মসি ঐখোয়গী সরকারনা শন্দোকলি। মসি নাটক পুম্নমক ভোট লৌন্নবনি।

মীওইবগী ধর্মদি সেফসাইট (কান্নবদা) উৎলি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসি ৱাফম অসি অচুবনি মদুদি ঐখোয়না দয়া উৎলবদি মদুদা মখল অমগী অসিগুম্বা ভাৱনা ফাওবা ওইরি মদুদি মহাক অতোপ্পগী মথক্তা হিংলি।

**দাদাশ্রী :** মহাক্কা চানা-থক্নববু ফংলবদি, মরমদুনা মতুংদা মখোয়গী মনুংদা কনাগুম্বনা য়ু-থম্বা, মফম অদুদা চৎতুনা ফম্মী অমসুং চা-থক্তুনা নুংঙাইথোকই।

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, অসিগুম্না থকই। মদুগী শীজিন্নবা মদুগুম্না তৌবা ওইরি।

**দাদাশ্রী :** করিগুম্বা অসিগুম্না ওইরগদি, মদু ওইরগদি ঐখোয়না মখোয়বু মাংহল্লোয়দবনি। করিগুম্বা ঐখোয়না কনাগুম্ববু শেমদোকপা ঙমদ্রবদি মহাকপু মাংহনবসু তৌরোইদবনি। মদু করম্না? মখোয়না অতোপ্পদগী ফী-রোল লৌদুনা অসিগুম্বা মীওইবু পীরি, তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা লৌবা মীয়াম্না ফিদুবু য়োনদুনা কোন লৌই। মসি নত্তবদা মখোয়শিংবু করিগুম্বা থবক অমবু তৌহল্লু। মতৌ অসুন্না ফী অমসুং চান্নবা পীবা, মীওইবগী ধর্ম নত্তে। মখোয়বু করিগুম্বা থবক অমদা মায়ওনশিনহল্লু।

**ৱাহং-হংলিবা :** অদোম্না হায়রিবশিং মসিগী ৱাফম অসি মীয়াম পুন্নমক্না য়াবা ওইরি অমসুং মদুদি দান পীদুনা মখোয়বু এডিক্টেত ওইহল্লি।

**দাদাশ্রী :** মহাক্কী মসি এডিক্সন্নি। অসুক-য়াম্না দয়া লৈবা মীওই, তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা দয়া তৌবগী মখৌ তাদে। মহাকপু ঠেলা অমা পীয়ু অমসুং ইঙ্গাং-নাপী পীয়ু, নোংমা য়োনগনি, নীনী য়োনগনি। মহাক্কী থবক হৌরে। অসিগুম্বা লম্বী ময়াম অমনি।

# মীওইবা ধর্মগী খুদম

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না ইমান্বা মরক্তা দাদাশ্রীগী ৱারি শান্নে, মদুদা মখোয়না হায়, 'ঐখোয়না মীওইবগী ধর্মবু য়াথং ইন্না চৎলি অমসুং মসিথক্না য়াররনি', অসিগুম্না হায়দুনা ৱাফমবু ককই।

**দাদাশ্রী :** হোয়, তৌইগুম্বসুং মীওইবগী ধর্ম ইল্লবদি ঐখোয়না মহাকপু 'ভগৱান' হায়গনি। চাক চাই, ইরু লুজে, চা-থকই, মদুবু মীওইবগী ধর্ম কৌদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** নত্তে। মীওইবগী ধর্ম হায়বদি মীয়াম্না অসিগুম্না হায়রি

মদুদি অমগা-অমগা মতেং-পাঙবা, কনাগুম্বগী অফবা তৌবা, মীয়াম্বু মতেং-পাঙবা। মীয়াম্না মসিবু মীওইবগী ধর্ম ওইনা খল্লি।

**দাদাশ্রী :** মীওইবগী ধর্মদি মদু নত্তে। শা-ঙাশিংসু মশাগী ইমুং-মনুং মতেং-পাঙনবগী জ্ঞান লৈ!

মীওইবগী ধর্ম হায়বদি ৱাহৈ খুদিংদা মহাক্না ৱাখল খন্বা মদুদি ঐঙোনদা অসিগুম্না থোক্লবদি করি ওইগনি? মসি ৱাখল অসি অহান্বদা লাক্রুবদি মহাক মীওইবগী ধর্মদা লৈতে। কনাগুম্বনা ঐঙোন্দা তাথীনা ঙাংবা, মদুগী মতমদুদা মহত্তা মঙোন্দা তাথীনা ঙাংদ্রিঙৈ মমাংদা ঐহাক্কী পূক্নীংদা অসিগুম্না ফাওরবদি মদুদি, 'করিগুম্বা ঐহাক্না অসুক য়াম্না অৱাবা ওইরগদি মদু ওইরগদি মতুংদা ঐহাক্না থীনা ঙাংলবদি মহাক্না কয়াম্না অৱাবা ওইগনি!' অসিগুম্না খন্দুনা মহাক্না থীনা ঙাংদনা ৱা লোইশিল্লি।

মসি মীওইবগী ধর্মগী অহান্বা প্রমান্নি। মসিদগী মীওইবগী ধর্ম হৌবা ওইরি। মীওইবগী ধর্মগী বিগিনিং মসিদগী ওইগদবনি! বিগিনিং লৈতবা ওইরগদি মহাক মীওইবগী ধর্ম থঙবা ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** 'ঐহাক্না অৱাবা ওইবা মদুগুম্না অতোপ্পবুসু অৱাবা ওই' মসিগুম্বা ভাৱসি, মদুগী ভাৱ মথং-মথং ডেবলপ ওইবগা, মতমদুদা মীওইবা মীওইবগী মথক্তা হেন্না-হেন্না এক্ত ওইবা ডেবলপ ওইবা ওইদনা?

**দাদাশ্রী :** মদুদি অদুম ওইবা ওই। মীওইবা ধর্ম পুম্নমক্কী মথক্তা কাখৎপা ওইরি।

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, মদু মশা-মথন্তা কখৎপা ওইরি।

**দাদাশ্রী :** সহজ মওং ওইনা (নেচরৱেল্লি) ওইরি।

## পাপ হন্থহন্বা, মদু অশেংবা মীওইবগী ধর্ম

মীওইবগী ধর্মদগীদি ৱাহং কয়া-কয়া পাওখুম ফংবা ওইরি অমসুং মীওইবগী ধর্মগী লেবলদা লৈগদবনি। মদুগী মীয়াম্না ঙাকপীয়ু ফোংদোকপা, মদুবু

মীওইবগী ধর্ম কৌদে। অয়াম্বা মীওইনা মোক্ষকী দরকার লৈতে, তৌইগুম্বসুং মীওইবগী ধর্মগীদি পুন্নমক্লা দরকার ওইদনা! মীওইবগী ধর্মদা লাক্লবদি পাপ য়াম্না হন্থরগনি।

## মদুদি জ্ঞান তাবগা লোয়ন্না ওইগদবনি

**ব্রাহং-হংলিবা :** মীওইবগী ধর্মদা, অতোপ্পগী মথক্তা ঐখোয়গী এক্সপেক্টেসন লৈরবদি মদুদি মহাক্লসু অসিগুম্না ব্যবহার তৌগদবনি, মদু ওইরবদি মদু অয়াম্বা মতমদা অত্যচার ওইবা ওই।

**দাদাশ্রী :** নত্তে! মীপুম খুদিংমকপু মীওইবগী ধর্মদা লৈগদবনি। মহাকপু অসিগুম্না তৌগদবনি, অসিগুম্বা নিয়ম লৈতে। মীওইবগী ধর্ম হায়বদি মশামক্লা খঙদুনা মীওইবগী ধর্মবু য়াথং-ইনবা তমগদবনি।

**ব্রাহং-হংলিবা :** হোয় মশামক খঙদুনা! তৌইগুম্বসুং মসিদি অতোপ্পবু হায়রি মদুদি অদোম্না অসিগুম্না তৌগদবনি, অসিগুম্না তৌ, মদুগুম্না তৌ।

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্না হায়বগী কনাবু অদিকার লৈবগে? অদোম গবনররা? অদোম অসিগুম্না হায়বা য়াদে।

**ব্রাহং-হংলিবা :** হোয়, মরমদুনা মদু অত্যচার ওইবা ওইরি।

**দাদাশ্রী :** অত্যচারবু কৌগনি! ফজনা উবা অত্যচার! অদোম্না কনাগুম্ববু ফজিন্বা ঙমলোই। অদোম্না মহাকপু খঙহন্বা ঙম্মী মদুদি ইবুংঙো, অসিগুম্না তৌরগদি অদোমদা কানবা ওইগনি, অদোম নুংঙাইগনি। ফাজিন্বদি তৌবা য়ারোই কনাগুম্বা অমবু।

## অসিগুম্না মঙাল ওইবা ওইসনু মীওইবগী পুন্সি..

মীওইবা ওইবা কনাবু কৌগনি? নুমিৎ চুপ্পা চা-থক্তুনা কোয়দুনা লৈবা অমসুং মীওই ২ নত্রগা অমবু চৈদুনা লাকপা, অমসুং নুমিদাংদা তুমখ্রে। মসিবু মীওইবা অমা ওইবনি হায়না করম্না হায়গনি? মতৌ অসুম্না মীওইবগী পুন্সিবু

ইকাইবা পীবা ওই। মীওইবা অমা ওইবদি মদুনি নুমিদাং য়াইরমদা মীওই ৫-২৫বু অইংবা-পীদুনা য়ুমদা লাকপা! অমসুং মসিদি মীওইবগী পুন্সিবু ইকায়হন্বনি!

## লাইরিকশিং য়াউহল্লু স্কুল-কোলেস্তা

মসিদি মশামক্তা করি থন্দুনা লৈবগে? হায়রি, 'ঐহাক মীওইবনি। ঐহাক্তা মীওইবা ধর্মবু য়াথং ইনগনি।' ঐহাক্তা হায়, 'হোয়, শুংশোয়-শোয়দবা য়াথং ইল্লু। খঙদনা নুমিৎ কয়া অমা তৌখ্রে, তৌইগুম্বসুং হৌজিক ফজনা খঙদুনা মীওইবগী ধর্মবু য়াথং ইল্লু।' মীওইবগী ধর্মদি খ্বাইদগী অৰাংবা পোৎনি।

**ৰাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং দাদাজি, মীয়ামদি মীওইবগী ধর্মগী ৰাহন্থোকপু তোঙান্বা ওইনা পী। মীওইবগী ধর্মবু য়াম্না তোঙান্বা ওইনা খঙহল্লি।

**দাদাশ্রী :** হোয়, মদুগী করিগুম্বা অফবা লাইরিক অমত্তা লৈতে। সন্ত খরদি ইবা ওইরি তৌইগুম্বসুং মদুবু মপূংফবা মওংদা মীয়ামগী খঙবদা লাক্তে। মরমদুনা অসিগুম্না ওইগদবনি মদুদি ৰাফম খুদিংমক লাইরিক্কী মওংদা পাবা, খঙবা মতমদুদা মহাক্কী পূক্নীংদা অসিগুম্না থন্বা মদুদি ঐহাক্তা ইন্বা-ময়াম মদু অরান্বনি পুম্নমক। অসিগুম্বা মীওইবগী ধর্মগী লাইরিকশিং শেমদুনা স্কুলগী চহী খরগী মনুংদা লৈবা অঙাংশীংবু তাক্কদবনি। নীংশিংনিঙাইগী দরকার ওইবদি অতোপ্পা পোৎ অমনি অমসুং মসি সাইকোলোজিকেল ইফেক্ট (পূক্নীংদা ফাওবা) অতোপ্পা পোৎ অমনি। স্কুলদা অসিগুম্না তমলবদি মঙোন্দা শোয়দনা নীংশিংগনি। কনাগুম্বগী করিগুম্বা মাঙখিবা ফংবগা মহাকপু খুদক্তা নীংশিংগনি, 'অরে, ঐহাক্কী মাঙলমলবদি ঐহাক্তা করি ওইগনি? মসি অতোপ্পবু কয়াম্না অৰাবা ওইরমগনি?' মসিখক্তি, মসিনি সাইকোলোজিকেল ইফেক্ট। মসিদা নিংশিংবগী মথৌ তাদে। মরমদুনা অসিগুম্বা লাইরিক নমদুনা মদুগী লাইরিক্তু স্কুল-কোলেজশিং পুম্নমক্তা চহী খরগী মনুংদা লৈবা ছাত্রাশিংগীদমক ফংহন্বা ওইগদবনি।

মীওইবগী ধর্মগী য়াথং ইল্লবদি পূণ্য তৌবগী মথৌ তাদে। মদু পূণ্যনি। মীওইবগী ধর্মগীদি লাইরিকশিং ওইনা ইগদবনি মদুদি মীওইবগী ধর্ম হায়বসি করিনো? অসিগুম্বা লাইরিক অসি ইগদবনি, মদুগুম্বা লাইরিশিং মীয়ামনা পাবা য়াবা লাক্কদৌবা মতমদসু!

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুদি মসিগী ইবুংঙো অসিনা থবরদা ইগনিদনা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, মদুদি ওইবা য়াদে। ইবা পরেংশিংদি থবর য়োনবদা চৎথি। মরমদুনা লাইরিকশিং ওইনা নমগদবনি। মতুংদা মদুগী লাইরিক অদু করিগুম্বা কনাগুম্বা অমগীদা লৈরবদি মতুংদা অমুক-হন্না নমগদবা কনাগুম্বা অমা থোক্লক্কনি। মরমদুনা ঐহাক্না হায়রি মদুদি মসি পুম্বা লাইরিক লিশিং ২-২ অমসুং আপ্তৱানি (ৱোলুম ১৪গী সেরিজ, দাদাশ্রীগী ৱাহৈদগী খোমজিন্দুনা শেম্বা) গী লাইরিকশিং য়েনগদবনি। লাইরিক অমতং ওইরবসু লৈহৌরগদি লাক্কদবা মতমদসু মীয়ামগী থবক ওইগনি, নত্রগদি মসি নত্তনা অতোপ্পা পুম্নমক্তি য়োনবদা চৎথিগনি। ইবা পরেংদুদি, মদু সনাদৌনা ইবা পরেং ওইরবসু মথংগী নুমিত্তা য়োনথিগনি ঐখোয়গী হিন্দুস্তানগী ময়াম! মনুংদা অফবা পানা ওইবা মদুবু শেগায়রোই, মরমদি অরুম্বা ওইররোইদনা! মরমদুনা মসি মীওইবগী ধর্মগী মথক্তা করিগুম্বা লাইরিক ইরবদি..

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদাজিগী ৱাহৈ মীওইবগী ধর্মগী মথক্তা য়াম্না লৈরমগনি!

**দাদাশ্রী :** য়াম্না, য়াম্না ফজনা থোংলক্লি। ঐহাক্না নীরু বহেনবু প্রকাষিত তৌম্বা হায়গনি। নীরু বহেনদা হায়য়ুনে! ৱাহৈ পুথোক্তুনা, লাইরিক শেম্মু।

মীওইবা অমা ওইবা অসি মোক্ষ নত্তে। মীওইবা ওইরবা মতুংদা মোক্ষ ফংন্নবগী তয়ারি ওইবা ওইরি, নত্রগদি মোক্ষ ফংবা হায়বসি ইরাই-লায়বা ৱাফম নত্তে।

**-জয় সচ্চিদানন্দ**

## **শুদ্ধাত্মাগীদমক প্রার্থনা** (নুংতিগী অমুক্তং ঙাংগদবা)

হে অন্তর্যামী পরমাত্মা! অদোম জীব খুদিংমক্তা বিরাজমান ওইরি, মদুগুম্না ঐঙোন্দসু বিরাজমান ওইরি। অদোমগী শক্তম মদু ঐহাক্কী শক্তম্নি। ঐহাক্কী শক্তম শুদ্ধাত্মানি।

হে শুদ্ধাত্মা ভগৱান! ঐহাক্না অদোমবু অমত্তা ওইবা ভাৱদগী খ্বাইদগী ৱাংবা ভক্তীগা লোয়ন্না খুরুমজরি।

অজ্ঞান্না মরম ওইদুনা ঐহাক্না**দোষ তৌখিবশিংদু, মদুগী দোষশিং পুম্নমকপু অদোমগী মাংদা হায়দোকচারী। মদুগী থম্মোয়শোক্না য়াম্না নুংঙাইতবা তৌজরি অমসুং অদোমদা ঙাকপীয়ু হায়জরি। হে প্রভু! ঐহাকপু ঙাকপীয়ু, ঙাকপীয়ু, ঙাকপীয়ু অমসুং অমুক হন্না অসিগুম্বা দোষ তৌদন্বা, অসিগুম্বা অদোম্না ঐহাকপু শক্তী পীবিয়ু, শক্তী পীবিয়ু, শক্তী পীবিয়ু।

হে শুদ্ধাত্মা ভগৱান! অদোম অসিগুম্না ক্রিপা তৌবিয়ু মদুদি ঐহাকপু খেৎন্বা-ভাৱ নাম্থোক্নবা অমসুং অমত্তা ওইবা শক্তম ফংহনবীয়ু। ঐহাক্না অদোমদা অমত্তা ওইবা শক্তমদগী তন্ময়াকার লৈগে।

**(তৌখি-তৌখিবা দোষশিং অদু, মদুবু পূক্নীংদা নীংশিংউ।)

# প্রতিক্রমণ বিধি

প্রত্যক্ষ ‘দাদা ভগৱান’গী সাক্ষীদা, হকচাং ওইরিবা(কনাগুম্বগী মথক্তা দোষ তৌখিবা, মদুগী মীওই অদুগী মমীং)গী পূক্নীং-ৱাহৈ-হকচাংগী য়োগ, ভাৱকর্ম-দ্রব্যকর্ম-নোকর্মদগী তোঙান্না ওইরিবা হে শুদ্ধাত্মা ভগৱান, অদোমগী সাক্ষীদা, ঙসি ফাও ঐহাক্না তৌখিবা** দোষশিং, মদুগীদমক ঙাকপীয়ু হায়জরি। থম্মোয়-শোক্না নুংঙাইতবা তৌজরি। ঐহাকপু ঙাকপীয়ু। অমসুং অমুক হন্না অসিগুম্বা দোষ কৈদৌঙৈদা তৌদনবা, অসিগুম্না লেংদবা ৱাশক লৌরি। মদুগীদমক মতোনলোম্বা শক্তী পীবিয়ু।

**অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা, বিষয়-বিকার, কষায় অসিনচিংবদগী কনাগুম্ববু অৱাবা পীখিবা, মদুগী দোষশিংবু পূক্নীংদা নীংশিংউ।

## English Books Published By Dada Bhagwan Foundation

1.Adjust Everywhere
2.Ahimsa : Non-Violence
3.Anger
4.Aptavani-1
5.Aptavani-2
6.Aptavani-4
7.Aptavani-5
8.Aptavani-6
9.Aptavani-8
10.Aptavani-9
11.Autobiography of Gnani Purush A.M Patel
12.Avoid Clashes
13.Brahmacharya
14.Death: Before, During &After
15.Flawless Vision
16.Generation Gap
17.Harmony in Marriage
18.Life Without Conflict
19.Money
20.Noble Use of Money
21.Pratikraman
22.Pure Love
23.Right Understanding to Help Others
24.Science of Karma
25.Science of Speech
26.Shree Simandhar Swami : The Living God
27.The Essence Of All Religion
28.The Fault Is Of The Sufferer
29.The Guru and The Disciple
30.The Hidden Meaning Of Truth & Untruth
31.The Practice Of Humanity
32.Trimantra : The mantra that removes all the worldly obstacles
33.Whatever Happened is Justice
34.Who Am I ?
35.Worries

- Dada Bhagwan books are availables in different languages: Gujarati, Hindi, English, Marathi, Telegu, Kanada, Oriya, Malayali, Bengali, Punjabi, Assamese, Tamil, German, Spanish, Russian etc
- 'Dadavani' Magazine is published Every month in three Languages :Gujarati, Hindi, English.

## Persons to Contact

**Dada Bhagwan Parivar**

**Adalaj** : Trimandir ,Simandhar City ,Ahmedabad-Kalol Highway
Po/Adalaj , Dist.: Gandhinagar-382421, Gujarat, India.
Tel : +91-9328661166/ 9328661177
Email :info@dadabhagwan.org

| | | | |
|---|---|---|---|
| **Mumbai:** | 9323528901 | **Delhi:** | 9810098564 |
| **Kolkata:** | 9830093230 | **Chennai:** | 7200740000 |
| **Jaipur:** | 9351408285 | **Patna:** | 7352723132 |
| **Bhopal:** | 9425024405 | **Amravati:** | 9422915064 |
| **Indore:** | 9039936173 | **Bangalore:** | 9590979099 |
| **Raipur:** | 9329644433 | **Hyderabad:** | 9989877786 |
| **Chandigarh:** | 9780732237 | **Pune:** | 9422660497 |
| **Kanpur** | 9452525981 | **Jalandhar**: | 9814063043 |
| **Bhubaneswar** | 8763073111 | **Sangli:** | 9423870798 |
| **Varanasi** | 9795228541 | | |

| | |
|---|---|
| **U.S.A:Dada Bhagwan Vignan Institute**<br>Tel:+1 877-505-DADA(3232)<br>Email: info@us.dadabhagwan.org | **U.K: Dada Darshan (UK)**<br>Tel: +44 330-111-DADA(3232)<br>Email: info@uk.dadabhagwan.org |
| **Germany** :+49 700 32327474<br>**UAE:**+97 1557316937<br>**Kenya:**+254 795-92-DADA(3232)<br>**Dubai**: +971 501364530 | **Australia**:+61 402179706<br>**New Zealand**:+6421 0376434<br>**Singapore:** +65 91457800 |

**www.dadabhagwan.org**



## মীওইবগী ধর্ম লৌবিয়ু পুন্সিদা !

মীওইবগী ধর্ম হায়বদি ৱাফম খুদিংদা মহাক্না ৱাখল লাক্লবদি মদুদি ঐহাক্না অসিগুম্না ওইরবদি করি ওইগনি? কনাগুম্বনা ঐহাকপু তাথিনা চৈরবদি মতমদুদা ঐহাক্না মঙোন্দা তাথিনা চৈদ্রিঙৈ, মদুগী মমাংদা ঐহাক্কী পূক্নীংদা অসিগুম্না খনগদবনি মদুদি 'করিগুম্বা ঐহাক্না অসুক য়াম্না অৱাবা ওইরবদি মদু ওইরবদি মতুংদা ঐহাক্কী তাথীনা-চৈবদগী মহাক্না কয়াম্না অৱাবা ওইগনি!' অসিগুম্না খন্থদুনা মহাক্না য়াল্লবা পুরক্লবদি ৱা-লোইগনি। মসি মীওইবা ধর্মগী অহান্বা খুদম্নি। মদুদগী মীওইবগী ধর্ম হৌবা ওইরি।

মরমদুনা মসিগী লাইরিক অসি নমদুনা, স্কুলশিং-কোলেজশিং পুম্নমক্তা হৌবা ওইহনগদবনি। ৱাফম খুদিংমক লাইরিক্কী মওংদা পাগদবনি, খঙলবা মতমদুদা মহাক্কী পূক্নীংদা অসিগুম্না ওইরবদি মসি ঐখোয়না ইল্লিবা পুম্নমক, মদু অরান্বনি। হৌজিক অচুম্বা খঙদুনা মীওইবগী ধর্মবু য়াথং ইনগনি। মীওইবগী ধর্মদি খ্বাইদগী ৱাংবা পোৎনি।

-দাদাশ্রী



dadabhagwan.org




Printed in India

Price ₹ 40